Regd No RN 34203/79 New Delhi Kangleikhol No 99




12TH YEARS OF PUBLICATION NOV 1990/HIYA-POI 3387.

সনামহী লাইনিং, পুন্সিরোন, থৌনা কাংলোন, পুন্সিরোন হুনা, ঈনাৎ, লোয়নসিলোনগী অমত্ত ডাইন সনাই পুন্সিকমগী থাগী চেফোং ।




- ★ ভাইরেলগী মিংথোল ১স্নুং কান্নব সরুকসিং
- ★ নীতৈদি লাইগী মচানি ( কবিগীদনক হায়রল্লিবনো ? —নৈনব )
- ★ ঈসিং মন্ম ( ২ স্নুব সরুক )
- ★ মভিং লৈবী মালেমগী চন্নুরাসিং
- ★ লুচিংব অওল্লোয় ইরাবত মেম্বর
- ★ কনান ইহান হান্ন অহল ওইনুগে
- ★ অদোম্ন খুঙবীগ্রবরা
- ★ ঈমালোল নৈনরসি
- ★ সিদ-হিদাক ( থোইহি—৪ )
- ★ মাইবগী হিদাক-থাউ ( মুন্ত লৈব )
- ★ পুন্সি কাংলোন পুন্সিরোল
- ★ চিন-কাঙজৈ
- ★ মসি মীহৌরোলগী বারিনি

—অসিনচিংব ।

হা ঈমা ঈমাও !<br>
ঐখোয়স্থু লাকে ঈমাও ।<br>
নোং চুই লাকমু<br>
য়েম্পাক তুপ্পুন মলাকে ।<br>
লম্বী নাল্লি লাকমু<br>
চৈস্থ মুক্তুন মলাকে ।<br>
ঐখোয়ন হযেং চাউরগ<br>
চাউব্র রালোল কারগ<br>
সনজেন থোংগী থোংয়াইদ<br>
সমু তোংদুন লাকপদ<br>
ঈমা নংবু কাউজরোই ।<br>
হা ঈমা ঈমাও ।

ঈপাম মৈহৌরে লাংচৌং মৈচাক্কে ঈম্বুনিংথৌ লৈতবল্লা থাবী মৈকল্লো

# চীন-কাংজৈ

## ( হৌদোংলম্বোইব-পেবেৎ )

হৌ: পেবেৎ

পে: অয়োয়ো ইবুংঙো

হৌ: ঐগী ইসক ইতৌসিবু কয়ামুকদি ফজবজাংনো

পে: ফিম্নুছীদাকপু ঙমজবী হেরোইন নম্বর ফোর কুচুনিদন তাখল

হৌ: ভালো। হৈ ইসক ইতৌগ ঙারো

পে: তা লম্বোই, নিপাল স্নব সেন্ত্র্যালদ চন্দৌরিব মনিপুরী অসিবু মহাভারতকী মনিপুরহুদ লোম মনিপুরীরা. করি লমগী মনিপুরীনো ?

হৌ: মানি মানি পেবেৎ সাহিত্য পরিসদন দাবি তৌববু হেন্ন ফরগদবতা থন থন্দুন তৌরিবনিনে থম্ভনিনে থম্ভ ।

পে: অদুদি তা লুবোক, মহাভারতকী মনিপুরদুগী মযেক্তি ক, খ, গ, ঘ, ঙ , চ, ছ, জ, ঝ, ঞ হায়দুন পারমগদব মাল্লি, ট, ঠ, ড, ঢ, ণ গী মথং মনাউ ফাওব চপ চপ চান চৎনরম্লগনি ?

হৌ: ইচলদি লোইন থঙলমলেদন, লাইরিক হৈবনিন তারক্ফমকা অমত্ত লৈপোং নংত্রেদা । মীঙোন্দ হাযদোকম্লু পেবেৎ, মদুতা চৎনহল্লব লোয় লোয় বানোম্ব চেন্নরিবনিনে—সিক্রেসিতং সংস্কৃতং পোলি-সিং নম্মোঃ পেবেৎ, চুপ-চাপ ।

পে: কিয়ারবেল মনিপুর । মহাভারতকী মণিপুরদি বিস্নুপ্রিয়ান লৌথ্রে, দিল্লিদ চত্তুন মখোয়গীনি হায়থ্রে তা লম্বোই । ট, ঠ, ড, ঢ, ণ, ঞ ময়েকমথৈদি বিস্নুপ্রিয়াসিংন নহান্ন লৌথ্রে, মুল্লুব য়ারবোই—নাত্তোন নম্ব মজোইদ মচাসিংদদি ট খোঙসাংবী ঠ খোঙসাংবী পিব য়াদে হায়থ্রে ।

হৌ: এ, এ অদুদি কমদৌনি পেবেৎ কংলৈপাক কাংবুন হায়ব্রাও !

পে: নত্তেয়ে তা কোকনান, বিস্নুপ্রিয়ান মহাভারতকী মনিপুরদুন মখোয়গীনি কংলৈপাক্ত নখোযগীনি হায়রম্মে কংলৈপাক্তি পাখংব লৈ মখোয়ন মুল্লু লাক্লুব ঙমপোং নত্তে হায়য়ে ।

হৌ: ঐ ওরিসাদ অমুক্ত চৎলুখিগে পেবেৎ, মথং থাদ 'মুক লাক্লগে ।

# KHORIROI SANGLUP

## ( EDITORIAL BOARD )


**KHORILANGBA ( Editor )**

Ng Kangjia

**Joint Editor**

S Apanba Khuman M A PT. 5th

**TENGBANG KHORILANGBASING ( Asst Editors )**

Y Thoibi Leima B A Ratna, PL PT 5th ( Inst. PL. )

P Ngangomba Ningthem PL PT 5th ( Inst PL. )

Kh Ngamba M A Phil PL PT. 5th ( Inst. PT. )

K Iboyaima B A B T PT 5th PL 5th

**CHATLU HANGU AMASUNG YOK U-LUP**
**( Go Ask And Preserve-Team )**

K Chaobi PL.PT 5th ( Inst P Hula )

Ch Khumanlemba B A Hons ( R ) M A Phil. ( Inst. P.H. )

H. Manglemba P T 5th

**SANDOK LUP ( Circulation Cell )**

Th Khoinou Khunthouleima B.A.

M. Chingulemba Moirang

**KHANGHAL LUP ( Advertisement Cell )**

E Khunjaoba M Sc D.F Sc ( Bombay ) PT, 5th

**LEGAL LUP ( Legal Cell )**

P. Tomcha Advocate B.Sc L L.B PT 5th

**CHEKSILLU HINGHALLU ( Ladies Cell )**

Th. Nganthoibi B A. PL PT. 5th ( Inst. Hula )

Y Kangleima PL. PT. 5th ( Inst. P. Hula )

M. Nongleima PL. PT. 5th ( Inst. P. Hula )

Ch. Chaningkhombi ( A ) M.A. PT. 5th

A. Unbi Leima B.A. Hons. ( R ) M A. Phil.

Th. Chanu Ayangleima B.Sc.

**ART SECTION**

K. Thoiba PL PT. 5th ( Pena Loisang )

Kh. Leisemba PL PT. 5th ( Inst. P. Hula )

# তাইরেনগী মিংথোল অমসুং
# কান্নব সরুকসিং

( ২ সুব সরুক )



য়োইরেলগং, সলাই পুম্লিফম।

মনাংগী চেপ্‌যোংদ সনাগী লাইনিংদ তোয়ন সিজিন্নরিব তাইরেন পান্নী অমসুং তাইরেন মনাগী মানী বযা লৌথংতুন লৈনরে। চংদব যাত্রব পুম্লিগী ভাইযদব মচাক বযা তাইরেন্দ য়াংবগী মারী সীংবুল বযা লৈনরে। ভাংকক অসিদ মথা তারকপ সমপংপ বা মচংসিং লৈনরি।

মী অযাম্বন খঙনরে। লাইনিংব লাইনিংবীসিংন লাইগী থোজাল ফংতুন নসা নিকপ-হাইব তৌবরুব মতমদ তুলসি মমা মচুম্ন কান্নব পিব ঙমদে, ভিংথৌন কান্নব পিব ঙমদে, সনা-লুপা মচুম, সেন মচুম, মোইরাং মচুম, ক্রোস মচুন, গঙ্গাজল মচুন অমত্তন লাইনিংবসিংদুগী ম ভুং পাংব ঙমদে। লাইগী মঙালন যৈবদ, লাইবু উরকপদ পানগী তাইবং হকচাং অসি হুংগী তাইবংদ চংসিন্ন ঙমদব মরম্ম হুং-পান চিংনব ঙত্তুন মরম ওইরগ কোক্কু হাইরকপ, হকচাংদ হাইরকপ অসি তাইরেন মনা ঙত্তুম লোংব মতোম লাইজ থিকফেন চাইরবদ হুং-পান অনিমক ফাওই, য়াংই,

উনগনি চিকই। মরম অদুন লাইনিংব লাইনিংথৌসিংন তাইরেন পাম্বী অসি য়ুমদ লাইসংদ থানরিবনি। মসিগী সুংগী ঝারী কয়াস্থ মমাংদ নৈনখ্রে। চরোই মমৈ সাব তাইরেনগী তোঙাম্ব মরমস্তু নৈনখ্রে।

## মরোন মরোন নাইব তাইরেনগী কান্নব :—

কস্তুব মতমদ চংবদগী হৌরগ পুন্সিরোন তাম্ব—পুন্সি মহৈ য়াম্ব লাইগী থৌজাল ফংব অমস্তুং মঙাল ফংব পুন্সি ওইরবগ ফাওবদ তাইরেনগী কান্নব অমদি মঙ্গুং সিন্ধ ওমরোইদব তঙাইফদব মথৌ কয়া নৈনখ্রে। লাইখোলপনচিংব অনাব মচা কয়াদগী লাইখুং তিনখুং পঙ্কুন পুন্সি মাঙহল্লিব অমদি ঙাওহন কৈহন পুন্সি মাঙনরিব অচৌব লায়না কযাকাওবদ তাইরেন হায়বসি চংই। মরম অদুন কংলৈপাক অসিদ তাইরেন হায়বসি য়াম্ম হক্ক য়াম্ম লুন চহি লিসিং কয়াগী মমাংদগী তৌনরকই।

**তাইরেন :**—লোল নৈনব অমদি লোলগি নিংথিন খঙব মায-চৌসিংন "তাইরেন" হায়ব মমিং অ সি য়াম্ম হৈসিনে মরম খঙন থোল্লম্মী।

মন্নিং অসি থোম্বদ সিজিন্নরক্লিব বাংলোন অসি কুপ্প থিরবদি মথল অনি সুরি। তাইরেন মিংথোলসি পিবগী লোলখোঙ সাগৎপদ অহাম্বদ এক্রোনিম সিজিন্নৈ। এক্রোনিম হায়বদি মক্ক ওইব ওইরিব রাহৈ অমগী অহৌব নক্রগ অরোইব সক্ককপু লৌরগ রাহৈ সাগৎপ হায়বনি। অতোপ্প কাংলোন অমন তৌরিব থৌরমদগী লৌব অসিনি।

**( ১ ) এক্রোনিম সিজিন্নব :**—অহৌব নক্রগ অরোইব রাহৈগী সক্কক লৌরগ অতোপ্প রাহৈ নক্রগ মমিং অম সাগৎপ লোলগী কাংলোন অসি এক্রোনিম তাইপ কৌই। ইরাং অতাই, নোংদোল অতিয়াবু তাইব নোংদাই, লৈরোলময়াম্বু তাইব লৈতাই, পুল্লগ লৈতাই-নোংদাই, অতাই লাইসোল, মুং-পান তাইব, লাইবু তাইব, তিনবু তাইব, মীরম-লেনবু তাইব, লাইরমলেনবু তাইব, তিল্লমলেনবু তাইব—পুম্নমক অসিদগী লোইরকপ "তাই" অসি লৌথংলগ এক্রোনিম সিস্তেম সিজিন্নহন "তাইরেন" গী অহাম্ব থোলহাই সাগৎলি।

কেমব্রিজ ইউনিভরসিতিগী ওইব হায়ব রাহৈদ লেত্তিনগী রাহৈ কেন্তাব্রিজিয়ন হায়বসিগী অহৌব লৌরগ "কেন্তাব" সেম্ব লোলগী কাংখুল অসিগুম্বনি।

(২) তৌরিব থৌরমদগী লৌব ঃ—মমিং থোম্বদ লোলমিং খঙবসিংন তোয়ন সিজিন্নগম্ব কা'লোন অমদি পোত্তুন তৌরিব থৌরম অত্তুদগী লৌরগ থোম্ব অসিনি। তাইরেন পাংথোক্লিব থৌরমসিংগী মঙ্গুংদ খ্বাইদগী মরু ওইবদি লাই তাইব ওম্ব, মীরমলেন-লাইরমলেন-তিন্নলেন তাইব ওম্ব, হুং অমম্ভুং পানবু তাইব ওম্ব, লৈরোন-:নাংলোন তাইব ওম্ব, মী-লাই তাইব ওম্ব অমদি যুগ-কৈ-হকচাং-হৈকং-লৈকং-অনা অযেক-তিনথুং-লাইথুং পুম্নমক তাইব ওম্বদ খ্বায়দগী অথোইব ওইন, মকোক ওইন সিজিন্নরিব অসিনি। তাইব ওম্বদ খ্বাযদগী অথোইব ওইন পাং-থোকই হাযবগী তৌবিব মথৌ-মঙম অত্তুদগী লৌরগ তাইবদ+লেন+ওইব=তাইলেন=তাইরেন থোরকই।

(৩) লোল্লমদ চাংদম্নব ঃ—মপানগী লোলদ মীয়াম খঙনব পোৎকী মমিং অমগ তাইরেন থোল্লকখিবগী লোল্লগগ মান্নব অমম্ভুং লৌখত্তুন চাংদম্নব য়াই। খুদম—"জীপ" হায়ব কাংথোং ৪ পাম্ব ইনজিন অমম্ভুং বেতরি সিজিন্নত্তুন চেন্নরিব লাইৎ ভেহিকল ( গাবি ) অসিগী মমিং থোল্লকখিব মওংগ "তাইরেন" থোল্লবখিব মওংগ মান্নৈ। "জীপ" হায়হেসি থোল্লকপাদ হায়হৈ অনিগী অহৌব মরুবসিং সিজিনৈ, অত্তুগ লাইৎ ভেহিকল অসিন তৌরিব মথৌ মঙমম্ভু মিংথোলসি সাগৎপদ য়াওরি।

"জীপ হায়ব রাহৈসি "জেনরেল" হায়ব রাহৈ অসিগ "পরপজ" হায়ব রাহৈ অসিগ—অনি অসিদগী থোরবপনি। ইমুং মঙ্গুং তোংবদম্ভু খবক ইনখাং চৎথোকপদম্ভ, ললোন ইত্তিকী থবকম্ভু, চীং মাম, নাহক সীংলক চংবদম্ভু সিম মুন কান্নব অত্তুবু ইংরেজি লোলদ "জেনেরেল পরপজ" হায়ন খঙলে। রাহৈ অনি অসিগী অহৌব "জে" অমম্ভুং অরোইবগী "পি" "পি" অনিগী অপুব "পি" অম লৌরগ

"জিপ" ( জে+ই+ই+পি=জীপ ) হন্নয় থোক্লকখিবনি। অহোব, অরোইব সরুক লৌব+অমদি পোৎবী মথৌ-মচমদগী লৌব হায়বা কাংলোন অনি অসি "জীপ" অমদি কংলৈলোন্দ "ভাই+লেন=ভাইরেন" মিংথোল পিরকপদ মায়ন চিজিন্নবহন্সী বারীগ মাঙৈ। অসিগুম্ব বাহৈসিং অসি লোলমিং থঙব বাথল হৈব অংঙ অহৈংসিংন পোৎ অহুগী মমল তুংলনচৎ ফাওবদ মাঙদন লৈহৌনব পিরম্ব ওাক্তনি।

## পুক্তি-কাংলোন পুক্তিরোন

### ( ঈরোয়ব—২ )

**ভুপী ঈরোয় :**—চহবাসিংগীদমক খ্বায়দগী ফব, হুপীগী হকচাং কয়াংলোনগ খ্বায়দগী চানব ঈরোয় সাজেলনি হায়বগী ঈসিংগী ঈরোনচবদ খুৎ-খোৎ-থা সিজিন্নদুন হোৎলগ লোইব ঈরোয়ব অসিবু হুপী ঈরোয় কৌই। ভুপী ঈরোয়গী সাজেল অসিন মীওহবদ কিলোজোল ২ ফাওব পুং ১ দ চাকথেক্তুন চিনজাক্কী মমল হনজিনহন্ব ওমী। কিলোজোল ২ অসিগ পাঙ্গল-চাং ( জোল ) ২০০০ গ মাঙৈ।

**ভুপা ঈরোয় :**—সেগা-পাম্বোম বাংন, মকা জাম হাইগত্তুন ঈরম থায়ন হোত্তুন লোইব ঈরোয়ব মথল অসিবু হুপা-ঈরোয় বৌই। হুপা-ঈরোয়গী সাজেলন মীওইবগী হকচাংগী জোল ১২০০ দগী ২৫০০০ ফাওব পুংগী চাংদ চাকথেকহন্ব ওমী। কিলোজোল ১ গ জোল ৫০০ গী চাংদবু চাকথেকহন্ব সাজেল ওইব্রবদি সায়রোয় নত্তব চুমগী পুক্তিদদি মতিক চায়বনি।

**অতৈ মথল :**—চেপলোয়, তিন্দা ঈরোয়, জজিং ঈরোয় লোংদাউ লেপলোই, লুপলোই, তাউরোই হায়ৱন লৈরিব ঈরোয়ব মথল পুম্নমকসি পুং ১ গী চাংদ জোল ১২০০ দগী ২০০০ ফাওব হকচাংদগী চাকথেকহন্ব ওমী।

**কেলোরিদ পাব :**—ভুপী-ঈরোয়, ভুপা ঈরোয়দ চৈচাং কেলোরি ৩০০ দগী ৬০০ ফাওব চাকথেকহন্ব ওমী। মরম অদুন মালেমসিগী কাংলোক্লোমসিংন ( সাইন্তিস্তসিংন ) ঈরোয়বু খ্বায়দগী ফব সাজেলসিংগী মচুংদ অমনি হায়দুন সকথত্রে।

**অতৈ কান্নব :**—ঈরোয়বন পাম্বোমগী পাঙ্গল, য়াংগী-খ্বাংগী পাজল, খোঙগী পাঙ্গল, কনহল্লি। ওম্নিনগী অনাব মাঙহল্লি। ভংথাই পংথবা ( পেৰে লাইজিস ) লাগনাদগী কন্ব ওমী। হকচাং নোইথোক্তুন ওম সিবগী খুদ্রোংখিব অসিদগী কনব ওমী।

**মহীক হাৎপদ তাইরেন ঃ**—তাইরেন লাইগী তিনগী লম্বীদ লাম্না লৈতবগুম্ন মীওইবগী পুন্সিবু অমদি সা-শা উচেক-বায়া কয়াগী পুন্সিবু মাগুহন্সিব মহীক মথল কয়া তাইরেন মহীন মাগুহন্সি, অমৌব মচা পোকথোকহল্দে।

(১) অপাৎ-অনোমগী মহীক কয়ান হুকচাংদ মখোম সান্থম পাংপ, ফুগ্রি-ফুরাং, হারুজবগী মথল কয়া, উল্লা চাথৎলকপ মহী তারকপ, লোক লোক লাউরকপ পুন্সি মাগুহম লাইওং কয়াসি তৌরকই। অমুম্ন অপাৎ-অনোম, ফুগ্রি-ফুরাং, চিকফাৎপ-চাফাৎপগী লায়না পঙ্কম মতমদ তাইরেন মনা খুৎলাক অম নিংসা হোন্দন হেক্লগ লারোন ৭ খুমতুন মুম্ন ফুৎলগ লাইনিংথৌ সনামহীদ থৌনিজরগ অনাবগী মমায হম্ন হম্ন চাম্নবদি তোংলম্ন মহীক পুম্নমক মচা পোকথোকপ ঙমদে, অমুম অমুম সিরকই। যাম্ন থুন অনাবত্ন কংসিল্লক্লুন ফখিগনি।

মসিদ লাই কৎপগী থৌরম অম য়াওরিবসিদি লাইগী মরু ওইরব নাহৈ-তাইরেন ওইব মরম লংজব খিবিক কোক্লব কৎচবগী বাতনি।

(২) লাইথোকপ হায়বসি মী সিনরিব লায়না মথল অমনি লাইজাও থোক্লুন মী লাখ কয়া মমাংঙৈদ সিনরম্বত্ন মসীং হম্বরবত্ন লাইকুপ ফাওবন নৌরিব অঙাং কযা ঙসি ঙসিমক হাৎলিবনি। লাইকুপ থোকপ অঙাং কয়া দাক্তরদ য়েংন য়েংন দাক্তরগী খুত্তগী সিনরিবসি মফম অয়াম্বদ মিৎন উনরি।

অসিগুম্ন লায়নাদ ফাওব তাইরেন ফুৎপগী মহী অসি মতম চান পিথক হৌরবদি লাইচুম কাইহুন সিব, লাই হনজিন্দুন চিবগী অকিব লৈত্রে। লাইথোকপদ লাইকুপ্তত্ন লাইজাউদত্ন তাইরেন মনাদি তসেংন সিব কব সিদ-হীদাক্লি।

লাইমায় তাবদত্ন তাইরেন মুম্ন ফুৎপগী মচুম্ন সিজিম্নগ্রবদি মায় চামহুন সক্তম মাঙবদগী কলহৌব ঙম্মী।

(৩) মৈন পোকপদ লুনৌ উবমথৈ সাথিন পোকগ্রবদি হীদাক পুম্নমক তৌত্রিঙৈগী মমাংদ তাইরেন মনা মুম্ন ফুৎপগী মহীন চাং নাইন

চামহৌরবদি ( মতমগী লোলদ ক্রেসিং তৌব মতমদ হায়বনি ) মহৌক-মতাং চংলকপ ওমদে, সয়োল থুন চিংথংলি, সাদোং পুমথহন্দে।

মৈন পোকপ হায়ব হিদাক তৌকম থওদব খুদোং চাত্রব লায়না অসিদ তাইরেনগী মহিদি তসেংন লাইনিংথৌগী থৌজালংক হায়বহু ওইরিবনি। মাগী মমল হীদাকলোন্দহ্ন মপান নাইথিদ্রে।

**হকচাংগী ঈ নুংসিত্ত তাইরেন মনা ঃ**—হকচাংগী ঈ মুংসিং ফত্তব, তীনমন কাংব, লাইমন লৈব মী পুম্নমক্ন তাইরেন মনা অম হেক্লগ থুবাক্ত সুক্ন সুক্ন নৈরগ লৈখাদ থমহুন উম্ব, মহী থর থর তীল য়োংসিন্দ য়াওহৃব লাম্বা লৈতন ফরব সিদ হিদাক্লি।

মাইবী লাই তোংবসিংন, ঈবুধৌ ঈবেনথৌ তোংবসিংন অমদি লাইগী সাহুম ফংব মীওইসিংন কোক ওাইরংনরকপ মতমদ তাইরেন লৈখাদ থম্মগ নেমথে। সায়রগ মহী থক্লগ ইংই। অতুগুম্ন চুম লাইমন ভিনমন কাংহুন ঈ মুংসিং মন্নিং তমহুন ওাইরংনব ফুনগৎপদহু তাইরেন মনাদি লাম্বা লৈত্রব হীদাক্লি।

**পাউদর মলম সেম্ব ঃ**—তাইরেন মনা সুরগ মহী অত্তুদগী ঈসিংগী সরুক তানথোকপ্রগ মপংগী সরুকং পাউদর ওইন ( থুমহীদগী থুম মকুপ লুংলোকপগুম ) লৌরগ মকুপ অত্তু মুংসিং চংহন্দন লিক্লি মমুংদ থম্মগ ফরব চাননব, থক্নব অনাবগী হীদাক ওইরে।

থাউ অহিংব অসেংবদ মকুপ অসি চাং তম্ন হাপ্লগ অপাং অনোমগী ফরব মলম ওইরে।

খোইহীগ য়ান্নরগ লাইথোকপ, লোক লাইহৌ, লোক, পুকী লায়না-সিংদ ফরব হীদাক সেমনৈ। মকুপ অসি লৈরবদি মরম ৫০/১০০ থোরু সিজিন্নফম লৈরে।

## খ্রারোইসিন

য়াম্ন সম্ন হায়রবদ কংলৈচাসিংন লুন তৌনরাক্লব তাইরেন অসি মীওইবগী পুক্লিদ থৌরায় ওইরিব উপাল অমথক্লি। উপাল অসিগ মীওইবগী পুক্লিগ অনা অয়েক্তগীন লাই ফংনবগী বাংগ্রব পুক্লি কাওব্দ

নৈনরোয়সিংগী লাতম

# "মীতৈদি লাইগী মচানি"

## ( করিগীদমক হায়রম্লিবনো ?—নৈনব )

পি, ঙাঙোম্ব নিংথেম।

মীতৈ পুরান হায়—"হে মী লাইমালপসা ·· · ·, হে মী লাই মালপা লাই ওইপাসা ·· তাপিও। অসিনচিংব কয়া হায়তুন মীগ লাইগ অনি অসি য়াম্ম নকুন সৈথারম্মী। অহল ললনসিংন মচা-মস্থ য়ারক য়াতেম্ব নত্তমদন—"মী ওইনব হোৎনৌ" অদুগ হায়ন তানব য়াম্রব অমদি ফত্রব অঙাংসিংদন—"মসিগী অঙাংসি মী ওইরোইদব জাৎনি" অসিনচিংব। অদুগ অমুক্ম্ পুম্নমক্তগী অহেম্ব ওইরকপ, অথাওব মীওইপোক কয়াবুন "লাইপোক্নি" হায়নরি। মীতৈগী অহল-লমন কয়ান হৌজিক্ম্ হায়নম্বি "মীতৈদি লাইগী মচানি"। পুম্নমক অসিন তাকপদ্দি মী অমদি লাই অনিগী মরক্ত করম্ব নকুব মরী লৈনবনো? লোয়নন মীতৈবুন লাইগী মচানি করিগীদমক হাযরিবনো? নৈনবগী ওঙাইকদবদু লৈরে তাকপনি।

---

মরী লৈনৈ মীওইবন মঙোম্বগী লোগদব মতেং অসি মসীং থিজমদন লৈথ্রে। মতাং অসিদ সেংদোক্কদব য়াফম অমথক্তি লৈ। য়াদ্বী মুম তাদব অদুগ তাইরেনগী উব্ লাইনিংথৌ লাইরেম্বীন ফম্বাল ওইনবদ পান্মী হায়বসিদ তাইরেম্বি লাই ইম্লি হায়তুন ইংখোলদ থারুম্ম হায়তুন সন্দোক্পপ মীওই থর লৈ। য়াফম অসি লাম্ম লৌবনি। তাইরেম্ম সাথ, তাইরেন উপাম্ম চম্ব ফম্বালবু লাইন পাম্মী হায়বনি। ফত্ত হৌদি লাইমু তিনমু কত্তবন তোংব ঙম্ব উ নক্তে। মুমাংদ তাইরেন হৌরবদি লাই-তিন ফত্তথ চংব ঙমদে হায়তুন থানরিবনি। তাইরেন মনা থোংজিন্দ থেংপতদ হিংচাবী চংব—মুংসিং চংব মী চংলকপ ঙনরিবনি তাইরেনদি অসোম্ব মীবু কত্ত হৌবিদগী কনবিবনি।

**মী হায়বসি করিনো ? ঃ**—"আতিঅা সিতাপাকী মমিৎ মমুংতা লৈপা মিত্ নহা অতুপু মাল্লে হায়পকীপু মি কৌয়ে। মি অতুপু য়েংনা সাখিয়ে হায়পাকীপু মী কৌয়ে।"—ৱাকোক্লোল্ থিলেল্ সলাই অমাইলোল্ পুকোক।

'অতিয়া সিদবগী মমিত মমুংদ লৈব মিৎনহা' হায়বদি অহাংবদ মসক উদন সিব নাইদন লৈরিব পুম্নমক খঙলিব উরিব মতম পুম্নমক্ত মাঙব নাইদব পাম্নাইদব পুক্নিং অতুবুনি। 'অতুবু মাল্লে হায়বগীবু মি কৌয়ে' হায়বদি অতুগুম্ব পুম্নমক খঙলি উম্বিব পাম্নাইদব পুক্নিং ওইরিব মপু সিদব অতুদগী থংদোরকপন মহাক্ন খঙলি উরিব অতুগী সরুক খর উব-খঙব ঙম্মী হায়বনি মতুবু মি কৌই হায়বনি। 'মি অতুবু য়েংন সাখিযে হায়বগীবু

---

পুরৈরোম্ব নাহৈরোন্দ য়াওরিব "তাইরেন লোংমা লৌ, লাইজ খিকফেন চাইরবদ, পুরৈরোম্ব মরোল থোক মরিল থোক, খুম্মম্ন লাম্মম" হায়তুন অনম অথৌ কোক্নরিবসি তাইরেনগী হকশ্রব মতীক মম্নাই কন্না চেম্ব অসিননি। অঙাও-অকৈন ঙাওতুন নাব মী ফাওব তাইরেন মনান লাইরোল সোল্লগ খিকফেন চাইবদ কোক্লিবনি। তাইরেনগী মহুৎ সিনগদব, তাইরেন্ন তৌব ঙম্ব মতিক মযাই অসিগী মহুৎ সিম্ব ঙমগদব এালেমসিদ অতৈ অতোপ্প পাম্বী অম লৈত্রবনি। সনামহী লাই-নিংন তাইরেনবু কুপ্ন মসক খঙন সিজিন্নব ঙমজৎম্লিব অসিমক মালেমসিদ য়াম্ন চাউথোকচনিংঙাই ওইব চাওখৎলোন অমনি হায়বদ হায়মম্ন থোক্নোই।

তাইরেন পাম্বীদি য়ুম ১ ইংখোল ১ নাইন য়ুমজিংব ঈমুং পুম্নমক্ত থাগদবনি। অতুগ তাইরেন পাম্বীন খ্বায়দগী মতীক ময়ায় হেল্লিব মতম অসি হৌরকপদগী চহি ৫ সুবফাওব অসিনি। চহি ৫ গী মতুং খরফাওব য়েংলগ মনা ৩/৩ লোংলমহু লোংলকত্রবদি লম্নক্ত হোংদোকপ্রগ অমুক অনৌব পাম্বী লিংসিম্ব য়াই। অতুম তৌরবদি মনা ৩/৩ লোংব তাইরেন মরোং মতম পুম্নমক্ত ফংগনি। চহি য়াম্নক্নবদি তাইরেন মনাদি চম্নোই মমৈ সারকই। মথৌ মঙম, অনম অথৌ কোকপদ মপাঙ্গল হম্নকই। *

মী কৌয়ে' হায়রিব অসিন তাকপদি—অদুগুম্ব মপুদগী থংদোরকপ অখঙবগী সরুক-উদব লৈতব মঙালগী সরুক অদু অতৈ থৌরাই পাম্ব অমত্তদ তারুদন তাইবং মীওইবদত তাই—অদুন মী কৌই হায়বনি।

পুম্না অসিগী লিখুল মতুং ইন্ন 'মি' হাযবদি অখঙববু নি conciousness নি অমসুং পোং অমগী থংদোরকপ মমি Image অদুবুসু মি হায়রগ খঙনরে। অদুগুম্ব অখঙব ওইরিব মপু সিদবগী মমি অদুন তারিব থৌরাই পাম্ব অদুবুন মীওইবনি। মসিদগী ঐখোয়ন খঙলে মদুদি থৌরাই পাম্ব অতৈগ মীওইবগ খেন্নরিবগী মরম। অদুগ অমুক্স, তাইবং মীগী মরক্তসু মীওইব অমগী রাখল খল্লক্তদুন অতৈ থৌরাই পাম্বসিংগী থাক্ত নেম্ন হিংলব, তৌথোরকপ থবক থৌরম কয়াদ তাইখেন্নরক্লব অদুবুন মী-ওইদ্রব পুন্সি হাযন মিংথোল পিনরি। মরম অসিন রাকোকলোন থিলেলগুম্ব পুযা কয়াগী মতুং ইন্ন মীওইব হাযবসি মপুসিদবগী মমিনি হায়বদি পুম্নমক্কী হৌরকফম cause অদুগী পাম্নাইদব মঙাল অদুগী সরুক খর য়াওরি হাযব তারে। পুযান অমুক্স, হায়রি—"লাই বৌপতি তাইপংপালপা মপুকী মাযোক্ত লৈ হাযপাগী লাই কৌয়ে।" হায়বদি মপু সিদবন সাইওন তৌববু লাই কৌই। মহান্ন মপু সিদবগ মায়োন্নন উনদুন লৈ থাদোরুব লৈতে হাযবনি। অমুক্স লাই হায়বসি লাপ্ন থিরুদ্রগসু ঐগী হকচাংদ যাম্ন নক্ল ইরায লাযন লৈ হাযবগী 'লাই' কৌই। লাইগ মীগ নক্লৈ হায়বদি অসিবুনি।

**'মি' গী কাংলোন নৈনব** :—"হে থৌরাই মঙাগক, মিগ থান ভরুকগক, থৌরাই হামচংনফদে, মিরেল হামকোযনফদে, লা-লা-লা, কুক-কুক-কুক।" হায়দুন অখঙব ওইরিব মি অসিন চোয়থোকখিব মতমদ 'মিকোল থাকোনব' হায়দুন মীতৈন পাংথোক্লৈ। মিকোম্ব=অখঙব ওইরিব মিবু কোনসিনব, চোইথোকহন্দববুনি। অদুগ থাকোম্ব=অখঙব পুম্নমক্কী মপু অদুদগী থকথোরকপ মঙালন পুম্নমক ভালহল্লিব উহল্লিব অদুবু থা কৌই অদুগুম্ব থা অদুদু কোনসিম্ব হায়বনি। থৌরাই মঙা হায়বদি মৈ-ঈসিং-মুংসিং-লৈপাক-অতিয়া হায়রিব মন্নাই মচাক মঙা

অসিবুনি। মচাক মঙা অসিন সাব তাইবং হুকচাং অসিদ মপুগী ময়াই অখণ্ডব হায়রিব মিরেলন কায়দোংই। মতমদুদ অচংব হায়বদু ওই। মি অদুন হুনববু মিহুন কৌহুন মিহুন হুন্নিবমখৈ হিংলি হায়ব থঙনরি। মিহুন অদুন মাঙগ্রব মতমদ সিব কৌযে। মচাক মঙান সাব তাইবং হুকচাং অসি সিদোক্লে। মপুন সাইওন তৌদুন মতম থর লমদাঙম লাইগী ঈম (য়ুম) অসি মহাক লৈত্রবন সিদোকলে।

## তাইবং হুকসাং লুংদ মপুন কাইদোংব :—

থমরোই য়াংরোই সেক্লিং পুযান হায—"নিংসা হোল্লিপা খৈপিকপু হৈ-হা কৌযে। মপানতা সিংপতি নোংসিং কৌয়ে। মলুংতা সিংপতি লুংসিং কৌয়ে। লুংসিংনে নোংসানে অনিমকতি পোংপানে। অনিমক্ত পুনতুন অম রোইয়ে হাযপপু লাই লৈপাকুময়ে॥"

মীওইবত নতুন থৌরাই পাম্ব খুদিংমক নিংসা হোল্লি। নিংসা হোম্ব খুদিংমক হৈ-হা কৌই। নিংসা অদুন মপান্দ অহাংবদ সিংলগ নোং পোকহল্লি। নোং অদুবু পুদুন সিংলি হায়বগী নোংসিং কৌয়ে। তাইবং হুকচাং লুংদ নিংসা অদুন চংলগ সিংলি-নাউযি ঈরম থোংলম পুম্নমকী মরিল তেংদুন লুংগী মরিল সিংলিব অদুবুন লুংসিং কৌযে। ঙসাইগী নোং পোকহল্লিব নোং অদুন থৌরাই পাম্বসিংগী হিংনবগী য়েল পোকহল্লিব নোংসিং অমসুং লুংদ লায়না লায়থুং কয়াবু সিংভোক্লিব লুংসিং অনি অসি থানব য়াদে। পুম্ন লৈববু পুনসি কৌদুন অমত্ত ওইন লৈ। অনি অসিন অমত্ত ওইন লৈববু অহিংব কৌই। অহিংব হুকচাংদ মপু কৌব লাইম লেঙদন লৈ হায়বনি।

"তাইপং পালপা মপু সিতপানা থঙতাপাপু থঙহল্লে। লাইকি লাই অলুপানা থুনা হান্না লৈয়ে হায়পকী লাইলোংপান্দুং কৌয়ে॥"—বাঃ খিঃ সাঃ অাঃ পুঃ পুয়া।

থক-খা অনিগী তাইনবদ পংন পাল্লিব তাইবংপান অসিগী হৌরককম মপু অদুন তাইবং হুকসাং লুংদ লৈবম থঙদব হায়বদু লৈহল্দে। কাউখোকক্রম বারী-বাখোং-বাহৌ কয়াবু নিংসিংবদ অমসুং অরুব রাকম অম পুখোক্লব

খঙনব হোৎনবদ মীওইবগী কোক্কী অহানব উফম লাইপক অম্সিন মপতোক মপচিন তৌহ্নন নীংসিংনব-খঙনব হোৎনৈ। কোকপুম্ব উফম অহুম থোক্ল হায়বদি খনব-ফাওব নিংব হায়ত্নন খাইদোক্লি। মেদিকেল সাইন্সনস্ত্র ক্রম্মেল লোব, পেরেম্মেল লোব, ওসিপিতেল লোব হায়ত্নন খায়দোক্লি। অহুম অসিবু থিংকিং-ফিল্লিং-বিল্লিং থৌরম অহুমগী মফমগ নক্লে হায়ন খঙনৈ। অহাম্ব উফম অসিবু "লাইপক" হায়বদি লাই+পকপ লাইনপকপ হায়ন খঙনৈ। খঙদব কয়াবু লাইপক্ল রাখল তৌরগ খঙনব হোৎনৈ খঙহল্লি। মহুবু "তাইবং পাম্বগী মপু সিদবন খঙদববু খঙহল্লে" হায়বনি। মপু সিদবগী সাইওন লাই অহুন সাইওন তৌব মতিক লৈব অরুব লাই অহুন তাইবং হুকসাংদ লোম থুপ্ন, পুক্লিং ফাদোক্ল-বদি চংব ওমদব নফমদ হুকচাং কাযাৎ সেমাত্রৈওদগী চংহ্নন লৈরে লাই অহুন লোন্তুন লৈরে লাই লোৎপ কৌরে। থুন হায় লৈব—লোন্তুন লৈব হায়বদি মসক উব ওমদব ঈলিক পিকথ্রব অমদ কায়দোংহ্নন হুকসাং পোলাং অসি লৈত্রিঔে-সাগত্রিঔেদগী মপুগী মযাই অহুন হায় খঙহন উহন্দন লৈরে হায়বনি। লোৎপা হাযবসি খঙহন্দন চংহ্নন হায় লৈবহুবুনি। মসিদগী খঙলে মহুদি তাইবং মী ওইরক্লব মিতম্ব হেক হৌবদগী মপুগী সাইওন লাই অহু অহুম্মক চংহ্নন লৈরে। মসিবু অমুক মেদিকেল সাইন্সনস্ত্র সৌগংলি।

রুসিয়ান ফিজিওলোজিস্ত অমন অস্থুম হায়—"On the eighteenth day after conception the human embryo is but a tiny pea-size bundle of cells. It is at that time that the heart starts beating regularly and continues to do so without stopping until death."—"মুমিৎ ১৫ নিগী মতুংদ ওইরকপ মীওইবগী হাকচাং কয়াৎকী মওংনি লৌনরিবসি হায় পিকপ হবাই মংগল মরুমুক্তং চাউব সেল চবুল অমবুনি। থম্মোইন চাং নাইন চোংবস্থ মতমহুদগী হৌই অমস্তুং হেক সিত্রিফাও লেম্ম লৈতন অস্থুম

চোংহ্নন অহুম লৈ'' হায়বসিনস্থ মীতৈ পুযাগী কাংলোন নাইববু হেন্ন চেৎসিলহল্লি। মতমগী মেদিকেল সাইন্স মুমিৎ থরনিদ ভায়ব্রিব মীওইবগী হকচাং সাগৎলক্লবগী মসক এগত্রাইয়ো অহুন ইহান হান্ন ওইরক্লিবসি থম্মোই ( হার্ত ) অসিনি হায়বস্থ তাক্লি। মকম অসিবু মীতৈ পুয়ান অমুক হকসাংদ কায়দোংলিব মপুগী সাইওন লাই অহুগী কায়দোং ঈম ( মুম ) নি হায়হুন লাইগী মুম ''লাইমুম'' হায়ন সিংথারি।

মথাদি কাংলোন/২ দ

## মাইবগী হীদাক-থাউ

### ( হুও লৈব)

মীওইবগী পুন্সিদ তুংভাইতব লিসিং কয়াম্নক হকচাংদ লাকই। তুংভাইতব মচা মচা খুদিংগী হোসপিতাল চৎপ, দাক্তর কৌব, মাইব কৌব ওইথোক্তব অমনি। মীপুম খুদিংদ ওইথোকপ নাহন্দনবগী পান্থৈদি স্বপ্নগী মাইবগী হীদাক থাউ অসিতনি। হায়বদি ঈসান ঈসাবু ঈমুং মন্নংবু লায়োংজব অসিনি।

মওং :—হুও লৈবগী লায়নাসি ঈসিং য়াফমদ (কিদনিদ ) ওইব যাই মুংকোমদ ( ব্লাদরদ ) ওইব যাই, মসিংঘাদ ( গোল ব্লাদরদ ) ওইব য়াই। পুম্নমক হক্কী ঈসিং লিক্ল চৎপ, মচু ফক্তন চৎপ, অমোৎপ নিংথিন চুমথোকপ ভম্লক্তবদগী থোকপ ভাক্তনি। থুদমদি—ঈসিং চৎপদ ঈসিং অহু পুং থরগী মতুংদ চেক মকুপ মান্ন ফমথব উব, পান থোংব মান্ন কমথব উব, লৈভোই মকুপ মান্ন ফমথব উব, লৈথোম অরাংবশুম ফমথব উব, ঈসিং চৎপদ সাব-য়েকপ-চিব চিকলাউন নাব ফাওব, ঈসিং থিংব, মচু ফত্তব ওইন চৎপ—অসিন মপুংনি।

(১) উথক্ত পান্ন হৈবোং ( অসি হৈবোং নত্তব ), তরপুন্স অমদি থামেন অসিন্ন অসি মরাং কায়ন চারগ হকচাংদ পোতাসিয়মগী সরক হেনগৎহল্লি। হেনগৎ-লক্লিব পোতাসিয়মগী সরুক্ল হক্কী ঈসিংগী চাং হেনগৎহল্লি। ঈসিং লিকপহু পোৎহল্লি, মচু সেংহল্লি, হুও সেমগৎলকপ হোগৎলবপদ থুগাইহুন মপান্দ পুথোকথি।

(২) গাজর মরাং কায়ন চারগ ঈসিং গ্লাস ১ দ থোইহি চমচ ১ মাল্লগ নোংমদ ৩ লক চাব-থকপ পুম্ন তৌব অসি তুমিৎ ৭ নি চৎথবদ হুও সেমগৎপ ভমলোই। তপ্ন তপ্ন ফরক্তনি।

(৩) ঈসিং য়াফম ২ অসিগী ঈপুব সিংলীসিং অসি থোংক্রম চারগ মথৌ মাংসিলহল্লি, মসিন হুও ওনগদব অমোৎপ সেংলোকহল্লি।

**কাংলোনগী তাইবং**

# ঈসিং মন্নু

**( ২ সুব সরুক )**



মসীং ৯৭ সুব কংলৈখোলদ ঈসিং মন্নুগীদমক নোরবেগী ৬াউন জকানবু ব্রিতিস পেরাক্রপরসিংন থুগাইখিব, পেরিস তন্ন নাজি ত্রূপ সিংন হাযজিল্লক্লবদ ফ্রান্সকী জোলিও ক্যুরি লেবোরেতরিগী সাইন্তিস্তসিংন ঈসিং মন্নুবু মুগী লিক্লি পুব মালহল্লগ ১৯৪০ গী মেগী চৈচৎ ১৬ গী অচিকপাদ থা থংব ফ্রান্সলোমদ লোম্ন চেনখিব সুপ্পগী ঈসিং কে, জি ১৮৫ খকীদমক থ্বায়দগী মমল য়াম্লব অফাওব সাইন্তিস্ত কয়ান মথোবায থুবাক্ত হাপ্তুন লাল মরক্ত ঈসিং থৈব চৎপ পুম্নমক্কী বারী ফোংদোকখ্রে। সুপ্পগী ঈসিংগী দমক অন্নক থোবায় থানবিব, সিব কিদন মরৈপাক্কী মরাইপক লেপ্পনবগীদমক পুন্সি কৎথোকনখ্রিব অসিবু করিনো? পাউখোং অসি চেফোং অসিদ নৈনরি।

**ঈসিং মন্নুবু নাজিসিংগী থুত্ত তাখিদনব সিব কিদব :—**

হিতলর মতম অমগী লাইনি। হিতলরবু কিদব লৈখিদে। হিতলরন

অনৌব জরমনি সেমহুন মালেম পুন্নমক য়োৎসিনবনি হায়বগী লানগী হৌরক্লবদ লৈপাক পুন্নমক মিপাইদব ওমখিরে।

(১) দেনমার্ক লৈপাক অসি জরমনিন খ্রিঃ ১৯৪০ গী মতুং তাথ-রকপদ পাইসিনখ্রে। নিয়েলস বোহর কৌব মমিং চৎলব দেনমার্ককী ফিজিসিস্ত অসিন ঈসিং মন্নু লিক্লি অমগুং নাজিসিংগী মথুক্ত তাথিদনব থৌরায় থাব কিদন পিক্লব হি মচা অম তোংলগ স্বিদেন তাম্ন চেনখি। বিয়র লিক্লি সারগ ঈসং মন্নু লিক্লি অমগুং স্বিদেন য়ৌহৌনব সিখিবদ পাম্মুবব সাইন্তিস্ত নিয়েলস বোহরন হি মচা অনদ নোং মুংসিংন মপান থোক্লদব অহিং অমদ লোত্তুন চৎখিব খুদোংথিব্রব খোংচৎ অসি হুপ্নগী ঈসিং মন্নু লিক্লি অমখক্তৌনি। জরমনিগী কিরব নাজি কাংবুগী মথুক্ত ঈসিং খর আস ফংখদনবনি।

অদুনাদি পাউখোং অসি নকসিল্লক্লে। ঈসিং মন্নু অসিন লৈপাক কয়া মক্ল ফংন মাংহন্ন ওন্ননবগী মচাক যাওরন্ন তারে। নাজিসিংন

---

নৈনবোল/৬ কী মখা—

**মারোইসিন ঃ**—হৌজিক্তি পুয়াগী লিখুল খরথক লৌথক্তুন নৈনবদ মী কনানো, মীগ লাইগ করি মরী লৈনৈ হায়বগী পাউথুম অরুব ওইরমদ্রে। মী ওইব হায়ব অম অমসুং মী ওইদব হায়ব অম কমদৌন থোক্লকথিবনো হায়বগ্নু খঙলে। মীওইবগী অথোইব নপোকপুন লাইপোক করিগী হায়রম্লিবনো পুন্নমক লিখুল কয়া অসি লৈবন ওইরম্লে। পুন্নমক অসিগী মথক্ত হেন্ন চাউথোকচনিংঙাই ওইব অমন য়েক-সলাই ৭ কী মচা-মন্নু ওইদুনা লমদন অ'সদ লৈরম্লিব ফুরুপ অসিগী মমিংবু মীতৈ হায়ন কৌদুন মীহৌরোলদগী খঙনরম্লিব অসিনি। অদুগ অসিগুম্ন মীতৈ ফুরুপ অসিবু অমুক "মীতৈদি লাইগী মচানি" হায়দুন হেক হেক হায়রম্লিব অসিম্নু পংহায় হায়সিনব ওইরমদ্রে। কাংলোন য়াম্ন খঙন মরম কয়া অম লৈবদগী হায়ব ওইরম্লে। নমুং থিৎন চিংসিল্লগ উব ঙম্ন চিংউ মাইচৌসিং অদুন ঐথোয়গীদমক থোনবিরম্লিব মিংথোলনি অমসুং সিজিন্নরম্ন পাউরৌসিংনি হায়বসি হায়দব ওঙ্গোই। •

মালেমসিবু মখোয়গী মথাদ থম্লনব বারেপ লৌগ্রবনিন, নাজিসিংন ঈসিং মম্নু খরদং ফংখিবদ মখোয়গী অনিংবদু থুংখিব ভম্বগী অকিব লৈরম্ব তাই।

(২) নোরবেগী জুকান তাউন্দ সুপ্লগী ঈসিং মম্নু লিতর ৪০০ খক খোমজিন্দুনা লীতুন থম্বগী অপিকপ স্তোর প্রান্ত অমথক লোম্ন তৌরম্মী। ব্রিতিসকী স্পাইসিংন পাউ ফংবদগী অরোম্ব স্তোরেজগী প্লান্ত অদু ব্রিতিস পেরাত্রুপর ময়াম এরোপ্লেন কয়াদগী জুকান তাউন মনাক্ত থাদদুন পুমলোই লোইন থুগাইখি। ঈসিং লিতর ৪০০ অদু চাইথাইদুনা মনি ল ওলহনখি।

অচৌব থৌরাং অসিদ মী কয়া সিখি। অদুবু মী কয়াগী থৌরায মাংথ্রিবসি লৈপাক পৌসিন্নবগী লান্দাব নত্তে, সুপ্লগী ঈসিং মম্নু লিতর ৪০০ অসি নাজিসংগী মখুত্ত তাখিদনবগীদমক্তনি। ১৯৪২ ইংদ প্লান্ত থুগাইখিবগী এতেক অসিগী মরম কনাম্ন খঙখিদে। সুপ্লগী মালেমগী লানজাও লোইরব মতমদতা ঈসিং মম্নুগী প্লান্ত থুগাইনবনি হায়ব খঙন-রকখি।

(৩) জর্মনিগী নাজি ত্রুপসিংন পেরিসতা হাইজিল্লক্লব মতমদ ঈসিং মম্নু কে, জি, ১৮৫ কম্নব ফ্রান্সকী জোলিওৎ ক্যুরি লেবোরেতরিন ১৯৪০ গী মে ১৬ কী অচকপদ ব্রিতিসকী জহাজ ব্রমপার্ক হায়বদুদ হাপ্লনব থৌরায কৎথোক্তুন হোৎনখিবসু অতৈ নৎলমত্রে। নাজিসিংগী খুত্ত ঈসিং মম্নু কে, জি, ১৮৫ অদু তাখিদনব ওইরম্নে।

মালেমসিগী অরোম্ব বারীসিং অসিন ময়েক সেংন তাক্লে—ঈসিং মম্নু অসি মালেম পুম্নমকী মপু ওইগে তাল্লক্লিব নাজি খুৎপুঙম্বদদি অচৌব খুৎলাই অম ওইরম্ব তাই। ঈসিং মম্নুন মীগী পুক্তি মাঙহম্বতা নত্তন লৈপাক কয়া মাঙহম্ব ঙম্নম্ব তাই।

## কংলৈপাক্কী কংলৈচাসিংন ঈসিং মম্নু খঙব হান্নি :—

অমেরিকাগী সাইন্তিস্ত মিঃ ইয়ুরেন ঈসিং মম্নু খঙলকপ অসি সুপ্লগী চহি ৫৭ লোমতা ওাইরি। কংলৈচাসিংন ঈসিং মম্নু লৈ হায়ব খঙখিব অসিদি

চহি ১০০০ হেল্লে। ঈসিং মন্থু থকলুব সা-সল লাইয়েংনবগী কাংলোন লৈরপকচহি য়াল্লে। ঈসিং মন্থু অসি চাং থর হেন্না ঈসিং ঈচমদ য়াওখিবতদা মী নল্লগ সা অহু মপূক কংথৎলগ বোল অকাম্বীগুম্ব মপূক কংথৎলগ সি। চাব থকপ য়াদে। চাত্রবস্থু মপুক্তি কংথৎলি। চৎপ ঙমদে, লেং-ঙৎপ মঙম সাল্লক্তে। পাংথি কোমথি অমদি পুথ্রিসিংদ ঈসিং মন্থু লৈফম চপ চাব মফমস্থু পুথোকপ ঙম্লকই। মফম অতুদগী লংথৈ চৎপসিংন ঈসিং সিজিন্নরমদে।

## সিদ-হীদাক

### ( খোইহি—৪ )

**তুম য়াদবগী হিদাক :**—তুম য়াদবগী লায়না লৈরব মপা নত্রগ মগী অতুগী খোইহি অসি ফরব সিদ-হীদাক্নি। তুম চংদ্রিডগী মমাং পুং অম য়াংলিডেদ ঈসিং লুমু লুমু লাবদ ঈসিং গ্রাম ২০০ দ খোইহি চা-চমচ ২ য়াম্নবগী চাংদ ঈসিং মাস ১ সেম্নগ থক্লবদি য়াথল অচোইব অমত্তু থল্লদন তুথখিবদ অপম্ব লৈতন পোথাব ফংগনি।

**অঙাংগী হিদাক :**—চহি ১১—১২ মব অঙাংসিংগী থাক ফাওব অসেংব খোইহিবু ঈসিং য়াল্দন চা-চমচ ২ দগী ৩ ফাওবগী চাংদ লেক্ন চাং নাইন চাহম্বদ লায়না পোকহম্ব মহৌকসিং হাংলি। লায়না পোকহম্ব মাইক্রোবসিং খোইহিন মচা পোকহন্দব ঙমী, হাংপম্থ ঙমী।

মহৌক হাংপত্তা নত্তন খোইহিন অঙাং •চহি ১১—১২ ফাওবদ কুইথ• নাগম্ব লায়না কয়া মপান্দগী চংলকপন্ত থিংব-ঙাকখোকপ ঙম্নব পাজল পি। লায়না ঙাক্নব পাজল হেনগৎহল্লনব খোইহি চাব মতমদ অকুমগ লোইনন চাব কাম্নৈ, থি অসেংব থর য়াম্নগ মপাজল হেনগৎলি, সঙ্গোম মপালগ য়াম্নগ চাবগন মতীং হেনগৎলি।

**অতৈ অমাব :**—পুক্লিন অমদি থিবিনগী লায়না, সিংলিগী লায়না অমদি ফিবাক অমদি মসিংথাগী খোইহি অসি ফরব হিদাক্নি। ঈসিং য়াফম ফৎলকত্রব মতমদ মনা অকবন লোম্ব চাজম কপ ১ দ খোইহি গ্রাম ১০ হাপ্লগ থকপ কানমব সিদ হীদাক্নি। মসিন হুং লৈমকদবদগী কন্নি।

মন্নুংদ সাইক্লিস্তসিং অমদি অরোম্ব এজেন্তসিংতন খঙনরম্ব অদু লাল মতুংদদি মরম পুন্নমক খঙনরকখি।

**ঈসিং মন্নুদ করি য়াওরি ঃ**—ঈসিং মনু অসিদ য়াম্ন হেন্ন লুম্ব হাইড্রোজেন মুংসিংকী চাং হেন্ন য়াওই। ইহান হান্ন তন্নম্ব হাইড্রোজেন অসি থেংনবদ হাইড্রোজেন গ্যাসনি হায়ব সাইন্টিস্তসিংন খঙলগদে। মরম অদুন মচাক অসিবু তোঙান "দিয়ুতেরিয়ম" হায়না মমিং থোল্লম্মী। মতম খর লৈরগ "দিয়ুতেরিয়ম" অসিদগী অমুক হেন্ন লুম্ব হাইড্রোজেন গ্যাস ফঙলকখি। অনৌব ফংলক্লিব মচাক অসিবুন 'ত্রিতিয়ম" হায়না খঙনৈ। ওক্সিজেন গ্যাসতসু হেন্ন লুম্ব মখল অনি অমসু লৈরি। অসুম্ন ঈসিং মনুদ য়াওব মচাকসিং অসি য়াম্ন য়াওবদগী লিক্ল য়াওব মচাক মখৈ পুনসিল্লগ পোৎচাক ·৮ মুই।

**ঈসিং মনুগী মহু ঃ**—মচুদ, মনমদ, মসক্তু, মহাউদ ঈসিং ঈচমগ ঈসিং মনুগ করিমত্ত খেন্নব খঙব ঙমদে। মরম অদুন খুদোংথিব অসি খুদক্ত খঙব ঙমদে। ঈসিং মনুগী চাং হেল্লবদি মহু ৎক্রুব মী, সা, ঙা, তীল, উচেক, থোরায় পাম্ব পুন্নমক্কী মপুক্সি মাঙই। উ-বাদ ঈসিং মনু চংলবদি মহৈ য়াম্ব ঙমদে, মহৈ পুন্নমক হাৎলি। মীন থক্রবসু মচা মসু পোকপ ঙমদে। মিৎন কুম্নদ অপিকপ তীল-কাংসিংদি সি। উচিগুম্বগী চাংদ চাউব থোরায় পাম্বসিংন মুম্নিৎ খরনি হিংলম্নগ সি। অদুগ ঈসিং মনুগী সকক য়াওব্রব ওরগানিজমসিংদম যাম্ন থুন অহল ওইসিল্লি। চাং য়ামদ্রগন থক্রুবিব থোরায পাম্বতু মসা কন লৈব ঙমদে, কযাৎসিংগী মথৌ নিংথিন তৌব ঙমহন্দে।

ঈসিং মনুগী মহু অসি অরোইবদ সিব হায়বসিনি। অহল ওইসিন-হম্ব, কয়াৎকী মথৌদ অপম্ব ওইহম্ব, পুক কংথৎপ মহৈ পাম্ব পাম্বীন মহৈ য়াম্ব ঙম্নক্রব—হায়রিব পুন্নমক অসিগী অরোইব বাহৈদি সিব হায়বসিনি।

**নাজিসিংগী থুক্ত ঈসিং মনুবু তাহন্দনব করিগী হোৎনরি-খলো ঃ**—মালেমগী লানজাও অদুগী মাংওইনন ঈসিং মনুবু সেংন থম্নদং ফংব ঙম্নরকখি। মতমদুদ নাজিসিংগী মথুৎ য়ৌখিনি হায়নগী লৈপাক পুন্নমক্ল ঙমজবি থাদুন হোৎনখি। মদুগী মরমসু চাউন লৈরম্নে। লানজাও মন্নুংদ সাইক্লিস্তসিং অমদি অরোম্ব এজেন্তসিংতন খঙনরম্ব অদু লাল মতুংদদি মরম পুন্নমক খঙনরকখি।

পাউখোং অসি মালেম পুম্নমক্কী মফমদ চল্লিবনি। ঙসিদি ঈসিং মন্নুবু নাজিসিংগী খুত্ত ভাখিদনবগী পাউখোং অসি ফোংলে।

"এতোম বোম" সাবদ ঈসিং মন্নু অসি সিজিন্নরে। জাপানগী হিরোসিমাবু উৎকি মপৈ ওলহনখিব, নাগা সাকি লমদম্বু মুপ্পগী উৎ মপৈগী খুঙ্গং ওলহনখিব এতোম বোম সাবদ ঈসিং মন্নু য়াওরে। ঈসিং মন্নু ফংত্রবদি এতোম বোম সাব তোকপ ঙাবন্মী। মরম অসিগীদমক অন্নুক চাউব খোৌবাং কয়া তৌদ্রুন ঈসিং মন্নুবু নাজিসিংগী মখুত্ত য়োহন্দনব হোৎনব ওইরে।

মীওইববু হাৎননবগী বারীদ মীওইববু কন্নবগী বারীস্তু চিক্ক চিক্ক কয়া অম লৈরম্মি। নাপল কযান লানজাও কয়া খোরকপ ঙারবস্তু মীওই-বগী চিন্নক্কব মতমদদি মীওইব হায়বসি মীওইব মসাবুদি মুংসিব উৎখোক্ক-রকই, মীওইববু কন্নব খোৌবায় থাব কিদন হোৎনরকপ ঙাক্কনি।

—খোৌরিলাংব।

## অদোম্ম খঙবিথ্রবরা ?

(১) খ্রিঃ ১৯৮৪-৮৫ দ ভারতগী হীদাক কান্নব অনাবগী হীদাক সানব পাম্বীগী মক্ক, মক্ক, মহৈ. পসা লুঃ মিলিয়ন ৭৯১ ৭ কী পোৎলম মপানগী লৈপাকসিংদ য়োনখি। মপান্দ য়োন্নোকখিব হীদাক সেন্নব পোৎখোকসিং অসিগী মচুংদ কংলৈপাক অসিদগী কামাক্ষী, উসিংসা, মনাহি, মীতৈ সিং, য়াইঙং অমুব, উচিনা, কংলায়েন অমদি উয়েনগী মখল য়াওখি।

(২) ভারতকী মীসিং মিলিয়ন ৭৫০ কী মচুংদ বাখলগী লায়না লৈব মিলিয়ন ২০০ নি, মিলিয়ন ৬০ ন লৈনাইরাব ঙাক্কনি, মিলিয়ন ৯ ন মমিৎ উত্রব ঙাক্কনি, মিলিয়ন ৪৫ ন মিৎ উব রাৎলবনি মিলিয়ন ২৩ অমদি মুম লৈতব ঙাক্কনি মিলিয়ন ৪৫০ ন লাইথ্রিক অমত্ত হৈতব ঙাক্কনি, মিলিয়ন ১১ অমদি সাইকোলোজিকেল দিসওরবেন্স লৈরব ঙাক্কনি।

(৩) অপংবগী সনা হায়বসি করিনো ? সনা মচু মান্ন, লংত্রিক লংব পাইরাইৎস হায়ব য়োৎ মখল অসি হেক উবদ খঙদবসিংন সনানি হায়ন লৌই। মরম অদুন "আইরন পাইবাইৎস" হায়ব য়োৎ মখল অসিবু "অপংবগী সনা" কৌই।

(৪) আরব লৈপাক্ক থুম অসি সনাওন্ন ভাংলম্মী। মী ১ দগী ১ ন থুম লৌব অসি হুংসিনবগী অয়োবীনি। অদুন আরবকী মীসিংগী পাউয়োদ হুংসিনবদ হকচিন্ন অসিবু "ঐখোয় অনিগী মরক্ত থুম লৈব" হায়ন চৎনৈ। কংলৈপাক্ক মনা পিবদ থুম মপাক য়াওরবদি অয়োবী মনানি হায়ন খঙনৈ। মরম অদুন নিংখোন মনাই অচাম্বদ মনা পিববু "মনা মথুম পিব" হায়ন পাউরোনরম্মী, ঙসিফাওব পাউয়ো অদি মাঙত্রি।

চন্.রাগী লাতম

# মতীং লৈবী মালেমগী চন্নুরাসিং

চন্.রা লোয়সং, কংলৈখোল।

অখন্নব পীবাসিংনকাগুব তাম্বদ রারব মালেমসিগী তাংলবী চন্নুরা কয়া মসীং নাইদন লৈ। মতী' লৈবী চন্নুরাসিং অসি মুপাসিংন মখোয়গী ফিদম লৌনরি মখোয়গী পাউপাক লৌন হিংনরি। মুপাসিংগী মতীংন পাংথোকপ ঙমখিদ্রব অচৌব থবক কয়া চন্নুরাসিং অসিন তৌই। ঐখোয়ন হংলিবদি—চন্নুরাসিং অসিন অসিগুম্ব তাংলব খুভম ফংব ঙমখিবসিমু করি কাংলোম্লনো ?

অতৈ তামুক পল্লুদ্রবমু হায়রবতদ খণ্ডলব সোভিয়েৎ রুসিয়া ফাওবন মতৌ তম্ব হোৎনরিব পাউতাক লৌরিব ব্রিতেনগী মনম লৈপাক তাদ্রিব লুচি বী মারগেৎ থেৎচরবু কনান লাম্বা তৌব ঙম্বগে ? খ্রিস্তিয়ান খুনাই-দগী থোক্কৎলকপী মালেমসিন ইকাইখুম্নরবী, মালেমসিগী খুঙ্গদগী বাংব ইনাই খুমুবগী মনা নোভেল প্রাইজ ফিন্দোকপ্রবী মাদর তেরেসা খ্রিস্তিয়ান খুনাইগী পীবা কযান মাগী থাক য়ৌদ্রবগে ? মসিংতং তাবদ লুম্নবী ফ্লোরেন্স নাইতিঙ্গেল, মসিং লৈরব জবহরলাল নেহরুদগী হেন্ন মতীং লৈবনি খঙদ্রব মচা মুপী ইন্দিরা গানধি, স্রী লংকাগী হোংদোকপ ঙমদন লৈরম্বী চন্.রা লুচিংবী. পাকিস্তানগী মুসলিম পদায়ন খুমজিম্ব ঙমখিদ্রবী মতীং লৈবী ভুত্তো ফেমিলিবু সাংথন মালেমসিদ ভালহল্লিবী এক্স-প্রাইম মিনিস্তর —মখোয়বু পীবা কয়ান মায়থিব পিব ঙমদ্রবগে ?

ভারত অমদি কংলৈপাকসিদ মপুকচেল পিকপ মীমাম্নদ্রব ন.পা খরন চন্.রাসিংবু ভীল-কাংগুম্ন লাক্লবিবতং তারগ মুপীসিংগী থাক কম্ননব হোৎনরবদি মক্নুন নৈনবতদা চৎপ্রগনি, থিওরিদতা লৈপ্রগনি, হৌজিকদু থবক ওইহম্ব ঙমদ্রি। থোক্লিব থৌথোকসিং মায়ঙক্লবগ লোয়ননা

মালেমসিগী মতৌং লৈবী চন্নুরাসিংন করি তৌরি, করি তৌরবগে নৈনব হৌগংলবতদা মতৌং লৈবী চন্নুরা কয়া মথং মথং থোরকনি। মালেমসিগী মতৌং লৈবী চন্নুরাসিং অসিন করি তৌরি হায়বন্থ নৈনফম থোকই। মতুন চন্নুরাসিংন মপাঙ্গল কনখৎচনবগী অচুম্ব লম্বী ওইগনি।

**কংলৈপাক্তদি মতৌং লৈবী চন্নুরা মসীং লিক্তে ঃ**—কংলৈপাক্কী লৈসেমলোনগী বারীদগী চন্নুরাসিংগী মতৌং ফুদোরকই। হারাবন লৈপাক চাইথাযদুন লৈপাক সেম্ব যাত্রবদ নোংখাংলৈংন চোংথোক্তুন মালেম সেমহুনখি, লৈসেমলোনবু মপুং ফাহনখি। মালেমথকসিদ মীওইবন লৈতাকপ ওইজদুন পানজব ওয়রোইদংগী অৱাব মতম লাক্লংদ লাইনুরা? চোংথোক্তুন মীওইববু লৈপাক মপু ওইহনখি।

বারী হায়বসি ফুরুপ অতুগী পুন্সিদ চংতুন রাখল্লোন ওইন হিংতুন লৈরিবনি। বারী অসি লাইগী বারীনি, অতুবু রাখল্লোন ওইন চংতুন হিংলিবদি ফুরুপ অতুগী থম্মোইদনি। মসিবু করিদ লানফম লৈবগে? থবক্ত তাক্তুন ওসিন্থ লৈরি।

(১) পাম্ব কৈজাওগী মখুত্তগী নিংথৌবু মথরায কনখিবী লৈম তাম্থু পোক্লিব কংলৈপাক্লি। অসামগী নিংথৌ সাগৈবু কনখিবী কুরঙ্গনয়নি পোক্লিব লৈপাক্লি। মরৈপাক থাদোক্তুন বে ওফ বেঙ্গল, ইন্দিয়ান ওসিনগী পাক্লব ঈপাক ঈয়াইদ থৌনা ফবগী খোঙচৎ চংখিবী মালেমসিগী থৌনা ফরব এক্সপিদিসন এদভেনচরগী বারীদ মসক থোক্ল লৈরগদব মিন্থ লৈম পোকখিব লৈপাক অতুনি কংলৈপাক। নিংথৌ লৈতব মতমদ কংলাবু যেক্রবসিংগী মখুত্তগী থাং-তা তেন-অরাম্বাই কাউন থিন্নবতেন কনখিবী লৈম তাংজখোম্বী অমদি খুরাই লৈম সনাথোম্বী পোকখিব কংলৈপাক অতুনি।

(২) সুতো সাহেবন মীতৈ মুপা ময়াম বা ই থারহন্দুন মান লৈনব বঙ্গলো সাহৱব হোইগত্তুন পুরম্বদগী পীবা পুম্নমক্কী ইকাইথুম্নব কম্দুন কংলৈপাকসিগী চন্নুরাসিংন অহাব মালেমসিগী মুপীলাল হৌখি।

অনিহুব মুপীলাল অমসু মালেমসিদ অনিহুব ওইন ময়াং সেনজাও পায়ব —ব্রিতিস ওফিসারসিং—লমসিগী নিংথৌ—মখোয় পুন্নমক্তী মথক্ত হৌখি। মায় পাকখি। হয় লৈখিদে, মালেমগী মপু ওইরক্লব ব্রিতিস লৈঙাক্তী অওহুসিংন ওক্তব ওমখিদে। মসি মীতৈ মুপীগী বাহিনি। লৈসেমকওগী লাইরেম্বীগী বারীন খক খুনাইসিগী থম্মোয়দগী চংখিব লৈত্তে হায়বসি লৈপাক্তী চিন্নব মতম মতমদ খওলক্লিব অসিনি।

ওসি ঐখোয়ন ঐখোয়গী লৈসেমলোনবু মীরাইরক্লব অমদি ঐখোয়ন ঐখোয়গী ঈপানাং ঈপুনাং রাখল্লোন অসিবু তুংওইনরবদি মালেমসিদ তাংলব মীতৈ চহুৱাসিংগী মতীং অহু তপ্প তপ্প মাওখিগনি। মত্তাংসিদ লাইরিক হৈবীগী মমিংদ বাজাও ভাংলগ ঈনাং করেমুব য়াওরক্লিবসি মমু য়ৈথেক্তদবনি। মীগী মতৌ ত্তমহুন ফিজেং-চাকচা হোংনরকপ অপংব চহুৱা য়াওরক্লিবসিং অসি মতম চান মায়থিব পিহৌগদবনি। মখোয়ন পাম্মুৱব মীতৈ মুপীগী বারীহু চিংথগদৌরিবনি। ঈনাং ভাক্লিবমথৈ ঐখোয়দগী ইতীং মাওখিগদব লৈত্তে।

(৩) ওসিহু কংলৈপাক্তী চহুৱা মতীং লৈরি। লানমীগী পুলিসকী কাহেব থৌওংদগী ঈমা ঈবেলসিংন চোংখোক্তুন মসীং নাইদন কল্লি। মাওগ্রগদব ময়ায় কাবদ ভাওরব ত্তোল্লব মুপা কয়া নেসা বন্দ চহুৱাসিংন অহিং মিৎসেন থাওহুন কাংখথাং ওনগ্রগদবদগী কনবিরি, অচৎ অওক্তী অকিবসিং অহিং য়ারেক্তুন কোকহল্লি মীতৈ ঈপানাং ঈপুনাংক সাগোন্নরক্লব মীতৈ মুপীগী মতীং ওসিহু উরি।

গ্রেতর ইম্ফালগী মহুংদ থোকখিব থৌথোক কয়া লৈরি। হুন্দক্ত থৌরায় থারগনি খওলব কাওবদ থাওকম কয়া য়াল্লব কাওবদ সীংনরক্লিব মুপাবু নমহুন কাননবগী অরোইব থৌদাং লৌব ওমখিবী—অহুন্ন য়েক্লবহুবু থৌরায় মাওহল্লব ওমখিবী মীয়ায় চল্লবী সিংজমৈ থৌথোক্তী থৌনাকবী চহুৱাবু কনান থাগত্তব ওমগদগে। চহি খরগী মমাংদ চহুৱাদ সরাক ত্তমগে হোংনরকখিবহুগী চৈরক্ত লৈসাবী অহুন ন্ৎপা অহুবু কিন্ন মফম খওদন খিনগাইরগ লৈকায়দ সিন্নহুন লৈকাইদগী ভাম্মোকহনখিবী মথৌনা

করবী চনুবা অমদি খুজংগী লমদ অরাং গায়কৈগী মথৌনা করবী লৈসাবী —মসাবু সরাক তম্বব তেমসিংলকখিবদ থাগুন য়ানথত্তুন নুপাচ্ছবু থৌরায় লৌথিবী থৌনাকবী কয়া ঐখোয়গী ইরক্ত হিংলি।

মাগুদ লৈরব খুনাইসিগী চাওখৎ বারীদ বৈজিংদ তৌখিব এসিয়ান গেমসত কংলৈপাক অসিগী. চমুরা সান্নরোয়ন পীবাসিংগী সান্নরোয় মসীংদগী হেন্ন সরুক য়াখিবসিন তাক্লিবদি কংলৈপাকী চমুরাসিং ইংন চিরু মতীং লৈরি হায়বসিনি। মসি পুম্নমকী থৌরায়দি চহি লিসিং কয়া চংন সাগৎলকখিব কংলৈপাক ইরমদম অসিগী ঈপানাৎ ঈপুনাৎ অতুন ওইরিবনি। ঈপা ঈপুসিংগী পুল্লিরোন, সাজেল কাংলোন, চিনজাক কাংলোন, বাখলোন, চিংখৈরোন সাজেল, থাং-তা-লমু-লাংসোই-ভেন-অরাম্বাই-মুরু:-কাংজোং সন্নিং সরাক-হুয়েন লাংলোন কয়ান মতীং সাগৎলকখিব কংলৈপাক লমদমসিগী মুংদ চেন্দুন লৈখিব মীতৈ ঈ অসেংব অতুন মীপাল তাংলব-ফাওবদ মতীং ফুদোরকপ ওম্রিবনি।

মরম অতুন ঈনাৎ ওারু চৎপগী অনৌব লম্বী য়ান্দুন হেন্ন মতীং লৈবী চমুরাসিং কংলৈপাক অসিদ পোক্লকখিগনি হায়বসিন অনৌব থৌনা ওইকম থোকই।

**মতীং লৈব চমুরা করম্ন ওই :—(১)** ব্রিতিস লৈগাকী লুচিংবী ব্রিতেনগী প্রাইম মিনিস্তর মারগরেৎ থেৎচরন হায়, "ঐগী থৌরব কল্লব য়া লৈজৈ।" অতুবু নোংমদা সুপ্নগী পুং ৫ থক্তুং তুম্বী পুং ১৯ থবক সুবী চোকথব নাইদবদ ব্রিতেনগী পীবা পুম্নমক্ক কিনরিব মতুং ইন্ন ওমদ্রিবী, লম্বা পাব ওমদ্রবী প্রাইম মিনিস্তর মারগরেৎ থেৎচরন কৈদৌঙৈদম্ন মপুক লুম্নব চিনজাক চাসিন্দে। য়াম্ন য়াংগদব চিনজাক খল্লগা থর থরতমক চাই। স্তোর কিপর ওইন বান হৌরকপ মপা অমগী লাইরবী মচানুপী মারগরেৎ থেৎচরন খ্রিঃ ১৯৭৯ দগী ১৯৯০ ফাওবগী সাংলব অওবগী চাংখৎলোন পুরকখিবসি—চোকথব লৈতব হকচাং অমগী মপু ওইখিবসিন চাউরব মরম অমনি। মহাক্ক পুক লুম্নব থক চাখিদে, য়াংন হিংনব পুং ২৪ গী

মনুংদ পুং ১৯ দি মখৌ তৌব ঙমনব মপাঙল য়োকখংলি। অদুন মতৌং লৈবী চনুরা হায়বসিদ হকচাং কব, চোকথদব, য়াম চাসিন্নবী মহুত্ত অকব অচম চিনজাক চাব, কাংলোন নাইন চংপ হায়বসিমদি পুন্নমক্ত য়াওব থেংনগনি।

(২) অনিমুবদ থৌনানি। থেংচরবী, মাদর তেরেসাগী, ফ্লোরেন্স নাইতিঙ্গেলগী, ইন্দিরা গানধিগী, মিসিস ভুতোগী পুন্সিদ য়েংলগ অমদি মালেমসিগী মতৌং লৈবী চনুরাসিংগী পুন্সিবু নৈনম্লগ খঙই—মখুদি মখোয় পুন্নমক নমহৎপ ঙমরোইদব মখৌনা লৈ। মাগী মাগী পান্দম ফংননব হোৎনবদ কিব লৈতে, হয় লৈতে, সীংনরুকপ পুন্নমক মায়য়োক্লবদ মপুক্লিং চিংনব লৈতে।

মখৌনা ফব হায়বসি মতৌং লৈবী চনুরাগী লৈতেংনি। পাউনম নাওলগী মচন মুপীন ইরোইসেমব চৌংজিন্দ থোরকপ কৈজাও অমবু কিসা তেমতনা যান্দুন হাংলগ লম্বী চংপসিংবু থবায় কনখিবত্ন থৌনা কব হায়ব লৈতেং অসিননি। মতৌং লৈবীসিংগী থ্বায়দগী মমল য়াম্নব লৈতেংদি কিব লৈতব—থৌনা অসিনি।

(৩) অহুমমুবদ মতৌং লৈব হায়বসি পুক্লিংগী মতৌংশু য়াওরি। পুক্লিংগী মতৌং অদুন অয়িন কম নিংহন্নদব পুন্সি ওইহল্লি। মপাঙল কম পুক্লিং অমগী মপু হেক ওইখিবদগী মতৌং লৈবী চনুরা কয়াসিন রাখলগী রাংল রাংলব, ফজরব অওম্বগী চাওখংলোন কয়া পুরকপ ঙমখি। মীওইব ফুরুপকী চাওখংলোন্দ মতৌং লৈবী চনুরাসিংগী হয় লৈতব অথাং কম পুক্লিংন অওম কয়া পুরকপ ঙমখি—সাইন্সত, আর্ততা, ঈনাংকী লমদ, খুং-সা হৈবদ, লোনব সাবদ, লৈঙাকলোন্দ, লোইনসিলোন্দ ( সাহিত্যদ ) অমদি হরুব সাইন্সকী লম্বী কয়াদ।

## য়ারোইসিন

অদুনদি ঐখোয়ন খঙলে—মতৌং লৈবী চনুরাসিংগী পুন্সিদ হকচাংগী কাংলোন চুম চংপ, থৌনা কব, পুক্লিং লৌসিংবী পাঙল—অহুম অসি

তন্নুন উৎ কংই। অসিগুম্ব মতীং লৈবগী লল অহুম অসি সাগত্তুনা ওৎপি নৈবিরম্নী তাহে উইহেত্রব খোৎখোকসিং অসি হৈসিংন মায়য়োক্লব গুম্নব চন্দ্রাসিংম্নী গত্তীং তানখৎপ তাই। চন্দ্রাসিংগী অহেম্ব মতীং নৈনব, সাপ্ষৎপ অমদি নিংসিংব য়াওত্রব্দি থিওরিদতা মরাল লৈবসিংবু বারক্লব হোৎনবত্তনদি মপুং ফাদে। মখোয়বু মায়থিব পিবগা লোইনন, বারক-চৈরাক মতিক ওক্ল পিবগা লোইনন চন্দ্রাসিংগী মতীং সাগৎহৌব তাবনি।

## ঈমালোল নৈনরসি

মীগীস্ব য়েন থওদ ঈসাগীস্ব থিহোৎ মতম অস্থম হৌজিনগ্রবদি লাইরিক হৈক্রবগী মগদ হন্নরকই। এখোয় ঈমালোল নৈনব হোগৎলসি।

**সংঙাকপা :**—লোয়সং অমবু নত্রগ সনা কোম্বংবু চাক্তুনা, খুৎলাই পায়ব লাম্নী থবু সংঙাকপা কৌই। ইংরেজি লোলদ "গার্ড" হায়বসিগ মায়ব য়াহৈনি।

**খোঙসংবা :** -খোঙসংবা হায়বন খোঙ পায়ম্নুন লৈব মীসক অম্বুনি। ইংরেজি লোলদ মেত্রি (মস্ত্রি হায়নব) হায়ব য়াহৈগ গায়ব কংলৈলোলসিগী ওফিসিয়েল ওইব য়াহৈনি। য়াইরেক খোঙসংব হায়রগ নাইৎ মেত্রিবু থঙনৈ।

**সংসেম্বা :**—সংসেম্বা হায়বগ স লেন নত্রগ লোয়সং নত্রগ পোৎ থমকম, গারোৎংচিংবদ লৈব সং অম্বু পায়ব মেহুব মীসক অহুগী কমি (পোস্তনি)। হৌজিক "চৌকিদার" হায়না খঙনরিব 'রাতসমেন" হায়রগ খঙনরিব য়াহৈসিগ য়াংহোক মায়ব কংলৈপাক সিজিন্নরম্ব য়াংহ অমান।

| অরিব লোল | অনৌব লোল |
|---|---|
| (১) ঈনফূই মায়রং সোম্বা পাঙদবনা লেমলৈ অঙম্বদি ঈতাম্রে। | তাঞ্জাও অচৌ ঈন লোম্ব হৈত্তুন ঈসিংদ তাম্রে। |
| (২) উনবী ফকমাংনরবগী মায়থুরে। | রাথল খোক্তবদগী মায়থিরে। |
| (৩) পাখৌ উয়া হেম্মচ্ছি পাইথ লাংন নোংমরে। | উখোঙদ থুপ্ন মরুপ অহুদি নোংটৈ সিংজং তাবক্তুনা লিরে। |

খুনাইসিগী লাতম

# লুচিংব অওল্লোয় ইরাবত মেম্বর

— খুনাইরোয় লোয়সং।

কংলৈপাক অসিদ কাউব ওমদন লৈহৌরব লুচিংব হিজম ইরাবত অসেংব অওল্লোয ( রিভোলুসনরি ) অমনি। নিংথৌগী মযাম্বুং চন্দ্রহাস সনাগী মচা ইবেম্ম খোমদোন সনা লৌত্তুন হিজম ইরাবতপু লৈপাক্ত রাংন থম্লম্মী। মতমতুগী নিংথৌ চুরাচান্দগী লৈভাকলোন্দ মফম চাউন কল্লিব লোয়সং পনচায়গী মেম্বর ওইত্তুন অরাংব ফম পাযরম্মী। দরবারগী রাযেন তৌরিব দরবার মেম্বর ওইব হাযবসি অরাংব ফগি। চৈরাপাকী লোযসংদ কাব মেম্বর অম ওইত্তুন মীন কিনরিব থাক্কী পুন্সিরোন্দ লৈরকখিব লুচিংব অমনি। ফম অসিগীদমক লৈপাক্ত ইরাবত মেম্বর হাযত্তুন ইকাই খুম্মে।

**পেরুক্ক চউন্নকপ ইরাবত :**—ওসি নিংসিংনরিব অওল্লোয লুচিংব হিজম ইরাবত পু-পাং শুন নাউকোল্লকপ মুংঙাই যাইফব ঈমুংগী মচা অম ওইরকখিদে। অঙাং ওইরিবৈদ অওল্লোয অসিগী পন্থৌ হিজম ঈবুংঙোহল লৈখিদ্রে। লুপ্রাবী মচা ওইন কনা হন্ন যেংবদ উদন হৌরকখি। পেরুক্ক চউম্ব পুন্সি ওইন তাইবংপান অসিদ চাউরকখি। য়োকপি থাকপিনব, মহৈ তমহন্বীনব কনা লৈরকত্রবদ নমা ঈবেম্ম চোংথাম নিংভোল হিজম ওংবী থম্বালওম্বীন মপুরোইবগী পোক্তফম পিস্নুমথোং ওইনাম লৈব ইদগী সৌগাইজম লৈকাইদ সাইদাংত্তুন লৈব তাখি। সৌগাইজম লৈকাইদ লৈব মনে অমগী মনাক্ত তাংজত্তুন লুপ্রাবী মমান হুম্নগী হিংনবতং থুপফম কংজরবদি থন্ন য়ুম হোংলকখিবনি।

**মহৈ তম্নবগী মরাইবক লাকপ :**—সৌগাইজম লৈকাইগী মনেগী নাক্ত সাইদাংজরুবদগী লুচিংব ইরাবতকী অঙাং ওইরিবৈগী পুন্সিদ লাইরিক তম্ব ফংজখি। অকব মহৈরোয় অম ওইন জোনস্তোন হাঁয় স্কুলদ ৭ স্তুব-

মহৈ থাকফাওব তমখি। ৭ সুব মহৈ থাক লাল্লগ ৮ সুবগীদমক থাকাদ চত্তুন মহৈ তমখি। অসুম্ন ৯ সুব থাক ( ক্লাস নাইন ) ফাওব তম্লগ য়ুমগী ফিভম যাম্ন ফংলক্তুবদগী মহৈ তম্ব ত্তোবখি।

য়ুমহোং তোয়বগী মরাইবক ঃ—ওইনাম লৈকাইদগী সৌগাইজম লৈকাইদ হোংলব ভুংদ অমুক লৈফম লৈতন্থন ৱাংথৈগী নিংথেম পুন্সি মপান্দ সাইদাংহন লৈব তাখি।

অওল্লোয় ইবাবত খ্রিঃ চহিরোন ১৮৯৬, মলিয়া কুমসীং ৩২৯৩ গী সেপ্তেম্বর চৈচৎ ৩০ দ পোকপনি। মসাগী চহি ১৯ সুবদ লাইরিক তম্ব ভমদহন তোক্লগ ত্রিপুরাদ লৈখি। মলিয়া কুমসীং ৩৩১২ গী মতুংদগী মসাগী চহি ১৯ গী মতুংদগী কংলৈপাক অসিদ থোরক্লগ লৈফম লৈতহন নিংথেম পুন্সি মপানগী মাইবম সমদেনগী য়ুমদ সাইদাংহন অমুক পুন্সি লেনব হৌখি।

অবা মচা লেম্ন মাওদে ঃ—অবাং-অপা, অবাব-অনংবগী, লৈফম লৈতবগী য়ুম্ফমদ চাউরকখিব ইবাবত ওইব মরম্ন নিংথিন ইতিংলে ( সিজন তোৱে ), মতীং লৈৱে, অবাব সকখঙলব ইবাবতন অবাব কোক্ল-নবগী লালফমদ পুন্সি কৎখোকপ হৌরক্তদৌরিবসি ওম্থোক্ল পকচরবনি, থাজনিংঙাই, সেংনিংঙাইনি। অবাবন অবাববু খঙন, লিলন চিক্লব মীন লিলগী হু এসক খঙগদবনি। অবাব পুন্সিবু ইবাবতন ময়েক সেংন খঙই।

ইবাবত ইতিংলব পুন্সিগী য়াম্ন উয়ব, খাঙব কম্ব, অবাব কয়া মায়ওক্লব ভম্বগী থৌনাহু মসাদ সুন তিল্লে। মনিপুর ড্রামাতিক ইউনিয়নগী ( এম, দি, ইউ, গী ) হৌদোক্লোয় ( ফাউন্দর ) অম ওইহন ফম্বাক কুমহৈ ( ড্রামা ) কয়াদ কুম্ব হৌরকপগ লোয়নম "মীতৈ চন্থবা" কৌব চেকোংগী থোরিলোয় ওইহন ( ইদিভর ওইহন ) কংলৈপাকসিগী কাচিন কোয়াদ অনিংব কয়া ইহুন খঙহব হৌরকই। মতীং লৈব পুন্সি ওইরক্তদৌরি উবদগী নিংথৌগী সনা ঈবু ইবাবতগী মফমদ লুহোংহন থাজরকখিবনি। অসুম্ন মমাক ঈবুংঙো হায়হন ইকাই খুম্নব হৌনখি। মথংদ পনচায়

লোয়সংগী মেম্বর ওইহ্নুন লৈপাক মপুগী লৈঙাকলোন্দয়াওব হৌরকখিবনি। অরাব মচাদি লেম্ন মাঙব হৌনদে হায়দুন রান হৌরকপবু উহৌব অহল লমলসিংন মমিং খিংন য়েংজরগ মুংঙাইব কোংদোক্লরকখিবনি।

অওম্ন খুনাইগী লাম্বন সেম্নকপ ঃ—লাইরব, সিনমী, তোম্ন তারব, ওং নৈবিরবসিংগী মরুপ ইরাবত মেম্বর মরুপসিংবু কল্লমদন করম্ন ঘি থাউগী পুন্সিদ লুপ্তুন কয়া কুইন মুংঙাইব সক্নুন লৈথোক্লনি। খুনাই অসিগী ওংপিরব নৈবীরবসিংবু কোযন যেংব হৌরক্লে।

ইংরেজি তম্ন মাংই হায়দুন লাইরিক তমহল্লব কংলৈপাক্কী ঈপা ঈতোলসিং, ঈমা ঈবেলসিং অমদি অমম্নোমদন বেঙ্গলী লোলগী ঈসৈতং তমহল্লগ পুং য়ৈবতং তমহল্লগ অসেংব মহৈনি হায়ন লাম্ন থলহম্বীরব কংলৈ খুনাই অদুগী অমম্বদ থাজহল্লব তুংগী মঙাল অমত্ত উকম লৈত্রব পুন্সি ওইসিল্লক্লব কংলৈচা লাখা কয়াদু নমথব য়াম্ননি মপাজল লৌথোক্ল-বনি খম্ন নিংথৌনম্নু, ব্রমহ সভানম্নু, রতনগী ফম পায়বসিংনম্নু নৈহুন চাব হৌরকপ, ওৎপ হৌরকপ কিহম্ন হৌরকপ, পুম্নমক—ইরাবতকী পানচায় লোয়সংগী ফমফমদগী বোয়ন য়েংলকপদ তরং তরং উখি। পুম্নমক মাগী ধন্মোয়দ য়েকপ হৌখি।

পনমাংগী লালদ অওল্লোয় ইরাবত ঃ—অওনব খুনাই অমগী লুচিংব ওইরদুন অওল্লোয় অম ওইরকপদ মথং মথং খোঙথাং লৌরকখি।

( ১ ) পনমাংগী গৌরিয়া ধর্ম্মগী মিংদ থুপ্লগ লাকপ লাল থেংনরকপ ঃ—কংলৈপাক্কী হেক লৈরিব মী পুম্নমক গৌরিয়া ( বেঙ্গল-দগী লাকপ ) ধর্ম্ম চৎকদবনি, চন্দন ত্রিমিনগদবনি—থিল্লিব চন্দন অদুগী "চন্দন-সেল থাই" কৌদুন তেক্স অমম্নু থিগদবনি হায়বসিন গৌরিয়াগী চৈরাক ওইরম্মী। চন্দন থিবগী তেক্স অসি মতমদুগী পৈসা ৮ ন সাব অনা ৫ হায়রবদি পৈসা ৪০ লৌরম্মী। "চন্দন-সেনথাই" পৈসা ৪০ অসি পিত্রগন নং মাংলে হায়দুন ইদ্বোকপিরম্মী।

মহুৎশুম্ব ধৰ্ম্ম লালোম্ব, লাইনিং লম্মীগী মকুমদ হুরানব ময়াম থুংপু সাগংলগ তাং পাং তৌৰিব ধৰ্ম্মগী লুচিংবসিং অমু ইরাবত মেম্বরন মক্ক ফুক্কত্তুন মায়থিৰ পিব হৌরকখি।

(২) **পিয়ন চাকথাক্** ঃ—লৈঙাক লোয়সংগী থবক তৌব, তেক্স খোমগংপ লাকপসিং অহুবু চাব থাক্কদবনি, মখোয়গী থৌগল তৌগদবনি, অহিং তুমদন সংগদবনি, অচৌব মীগী দোলাই লেং ওইন পুগদবনি, হায়হুন কংলৈচাসিংবু তিল-কাংশুম সিজিন্নরম্ব থৌরাং কয়া ইরাবত মেম্বরন সিংনত্তুন মায়থিব পিনব হোংনরকখি।

## অদোম্ন খঙবীগ্রবরা ?

(১) মালেম অসি ইপাক পাকপ পোং অমনি হায়ন মীওইবন লৌনরম্বদগী "মালেমসি অপাকপ পোং নত্তে, কোম্না মওং মাম্ব অমনি" হায়হুন ইহান হান্ন হায়খিব মুপা অমু গ্রিস লৈপাক্কী ফাওরব মেথমেতিসিয়ান পাইথাগোরাস অসিনি।

(২) মালেম অসি কোম্না মাল্লি হায়হুন পাইথাগোরাসন হায়রম্বদগী "মালেমসিগী মওংদি কোইরপ কোয়ব মতুম তাব, কোম্না মপুম মাম্ব পোংসক অমনি" হায়হুন ইহান হান্ন লুনাব ইক্লিপসপু খুদম ওইন সিজিন্নহুন খুদম পিখিব অমদি ইহান হান্ন চুম্নে হায়হুন উংথিব মুপা অমু গ্রিক ফিলোসোফর এরিস্তোত্তলনি। এরিস্তোতল আলেকজেন্দর দি গ্রেৎকী ওজায়দগী ইকাই-খুম্নজখিব সিস্তাকপনি (উজানি)।

(৩) মালেম অসি পাকথোক পাকপ মপাক অমনি হায়রম্বদগী মতুম তাই হায়ন পুখোকপ ওমড্রিডৈগী মরক্ত "মালেম অসিগী মওংদি মপাক নত্তে, কোম্না তংথাই মাম্ব পোংসক্নি" হায়হুন ইহান হান্ন হায়খিব অসি ফোনিসিয়ানসিংনি।

(৪) মালেমসিগী মপুম ওইন অকোয়ব অসিগী অগাংব অসি (সারকমফরেন্স) মালেমসিদ ইহান হান্ন ওনখিবসি ত্রিস্তন পোকত্রিডৈগী মমাং চহি ৩০০ লাপ্নন পোকখিব নোংখোংলোয় (এস্ত্রোনামর) এরাতোস-থেনাস্তোস্থেনসনি।

**পোৎথাং বেগর পুহম, য়াইরেকসেন্ত্রি ওইহম :**—লোয়নসং পায়ব কুমকপদ লৈকাই অমদগী অমদ, খুল অমদগী অমদ মথং মথং চৎপদ খুনজাসিংবু মখোয়গী পোৎ মথং মথং পুনহল্লম্মী, মস্তুবু "পোৎথাং বেগর পুব" হায়না চৎনহল্লম্মী। পোৎথাং পুরকপদ থুংলব মকম অদুদা অহিং লেকপগী চাব থকপ থাক্লগ ( শিয়ন চাকথাক ) খুনজান অহিং তুমদন য়াইরেক সেন্ত্রি ওইহন সংহল্লি। মসিবুন "য়াইরেক সেন্ত্রি" কৌহন ভৌত্রবদি মাংলে হায়হুন ইম্বোকপ, সেল ওইন ফাইন ভৌব, ফুব-চৈব ভৌরম্মী।

পনচায় মেম্বর ওইন ওইন পুম্নমক অসি য়েংব ওম্লজহন ইরাবত মেম্বর মসামক চোংখোক্লুন লালমা দ যেরুবসিংবু মায়থিব পিননব হোৎনরকখি।

**( ৪ ) থেবা লাম্বগী সেনথায় :**—তু থোং অম লানবদ "খেবা সেনথায়" হায়হুন সেল পিত্রবদি লালহল্লম্মদে।

**( ৫ ) জল সম্বনধি :**—মী অমন মসাগী লৌবুক্তগী ডা ফাব য়াহল্লমদে, থোংবান সিত্তুন ডা ফাব য়াল্লমদে, পাৎ ফুমহুন ডা ফাব য়াদে। "জল সম্বনধি" হায়দি ঈসিং সম্বব হায়বনি। পাৎক তুরেলগ সমনৈ, খোংলমগ লৌবুক-তুরেলগ-পাৎক ঈসিংদ সমনৈ—মসিবু "জল সম্বনধি" কৌই ঈসিং সম্বব মরম মরম্মাই তু-খোং ওইরবস্তু, মরম্মাই থোংবান ওইরু-বস্তু, মরম্মাই লৌবুক ওইরবস্তু—মস্তুদগী ডা ফাব য়ারোই অসিনি।

**( ৬ ) মাংলে লাউথোক্লবদি পোৎলোয়ব য়াদব :**—মী অম সিব মতমদ সিগ্রিব মীহু মাংলে হায়হুন বতন অমন লাউথোক্লবদি পোৎলোইব য়াজে। অদুগ সভান মী অম মাংলে লাউথোক্লকপদ মাগ সোরু সম্বব য়াজে, সিবদ চৎব য়াজে। নিংথৌন লাউথোরম্লগন অমুক খর হেন্না কন্না মাংলে। পোৎলোইবিনব লৈতহুন, পোৎলোইব য়ারোই হায়হুন খিংবিহুন কিহুন ফুনজিন্নরম্মী।

অসিগুম্বর ধর্ম্মগী মিংদ কারবার তৌরিব, গৌরিয়া লাইনিংগী হুকুমনি হায়রদুন কিতলিব তুক্কচয়ব মীওং মীনৈ ময়াম অসি মায়ওক্লনবগীদমক অওন্নোয় অগ ইয়াবত মেথরন ওইরকপ হৌখি। "মনিপুর সেবা কমিতি" কৌদুন ইরাবতকী লুচিং মথাদ মী কাংলুপ অম সেমগত্তুন মৈ থাব কিজদুন লৈনুংদ ফুমজিনগ্রব ওৎপিরব ঈমুং মনুংগী মায়কৈদ লেপ্তুন অসিব হকচাংবু অমুক হন্না লৈনুংদগী কোৎথোক্কুন পোৎলোইবিখি। পুং-ঈসৈ সক্কুন শ্রাধ সোম্ব য়ারোই হায়দুন থিংবিগ্রবসিংদুগী শ্রাধ কর্ম্ম সোনবিরম্মী। হুকুম পুম্নমক মমু য়ৈথেক্রম্মী।

**ধর্ম্ম ললোম্বসিং য়ৈথরকপ :**—মীবু সেল পুরক্তব মাংই হেক্ত লাউথোকপ অসিন সেল য়াম্ন তানসিন্ন হৌরকখি। ত্রমহ সভান "নং মাংলে" হায়বক্লবদি খুদক্ত লুপা ৮৫ গ পাই ২ পুরক্লবদি হেক্ত সেংজরে। মতম্ন "মাংই" হায়দুন লাউথোক্লগন লুপা ৫০ পুদুন চেল্লক্লগ খুদক্ত অদুম সেংজরে। নিংথৌন "নংদি ঙসিদগী মাংলে" হেক লাউথোরকপদ লুঃ ৫০০ ফাওব লৌদুন সেংদোকপিব য়াই।

ধর্ম্ম ললোম্বগী সেন্দোং খুৎতাল অসিমদি মীয়াম্ন তুক্কচনবিব করমসন হায়বদুগী থাক নত্রে, সেনজা থুমজাগী ময়াল অদুথকী য়াকম নংখিদে। মসিদি "নং মাংলে" হায়দুন খুদোম্বীন থিন্দুন মপুক্সি অদু মাঙহনবিবনি, মদু কনজহৌনব সেন খিজব তাবনি। ফোংন লুং তৌবনি, মীবু মী ওইহন্দবনি, সিবফাওবদ মমা মচা মরী মতা মচা মতুংফাওবন সোকহন্দ-বনি। মসিদি লাইনিং নংত্রে তসেংলব "লায়না" হায়বদুনি। লায়না অসিগী মহৗক হেক কামসিনবিবদ সোক্ল পাম্নব য়াবয়োইদবনি। লেপ্রোসি থুংবফাওব হৌজিক সোক্ল-পান্নবিবনি, লেপ্রোসি থুংব মী কয়া মহাত্মা গান্ধিন মসা সোক্ল থোজাম পিবিরম্নিবনি। মীবু মীনা মাংলে হায়বসিদি, সোক্লব য়াত্রে হায়বসিদি মহাকপু কিন্নু, মথোন্দ সেল পিদুন, সেল কন্নুন অকিবত্নু কোকথোকচৌ হায়ম্নিবনি। কিব হায়বদু হৈরকত্রব ইরাবত মেথরগুম্ব অমগী মফনদদি লাইনিং ললোম্ব অদু চাউরব শীংলব অম্মনি।

পুন্সিরোলগী লাতম

# কনান ইহান হান্ন অহল ওইবগে

—পুন্সিরোল লোয়নসং।

পুন্সিরোন্দ অহল ওইব হায়বসি মখল ৪ থোক্ক খায়দোকই—(১) চহিগী অহল, চহিদ মপোক হুমিং মসীং থিরগ পাব (২) পুক্নিংগী অহল, পুক্নিংগী নহা ওইব মন্থরকপ মপাঙ্গল হুন্থরকপদ পাব (৩) তোংগী অহল, মিংগোদ ঈ মরীদ পাব অমসুং (৪) কয়াৎকী অহল, হকচাংগী তোঙান তোঙাম্ব কয়াৎসিংন সোম্থরকপ হুমুসিল্লকপ কৎলক্কব অমদি মঙম সোম্থরবপ, মমি সামথরকপদ পাব।

অহল ওইসিল্লকপ মখল ৪ অসিগী মমুংদ কনান পুন্সিদ ইহান হান্ন অহল ওইবগে হায়বসি পুন্সিবু চেকসিন্ন চৎনিংব মুপা মুপী পুম্নমক্ক খঙদব য়াদব য়াহং অমনি। খ্বায়দগী হান্ন অহল ওইসিল্লকদব সরুক অতুন ইহান হান্ন চেকসিনহৌগদবনি। ইহান হান্ন অহল ওইসিল্লকদব পুন্সিগী সরুক অতুগীদমক ইহান হান্ন ঙাকথোক্কব সাজেল, চিনজাক নিংথৌং অমদি লৌসিং লৈগৌগদবনি। নত্রবদি মঙন চান মকম চান ঈথৌ তৌহৌ-

---

সীংনব অহ ইরাবতকী "মনিপুর সেবা কমিতি" অসিন থৌনা কন থেংনদুন মমু য়ৈথেকলকথিবনি।

মপংদ "প্রজা মন্দল" কৌব খুৎপু অম লিংখৎলুন ইরাবত মেম্বরন অমাং অসেংগী, খেত্রা সেনখায়গী, চন্দন সেনখায়গী চন্দন থিন্দব য়ারোই হায়বগী চৈরাকী, দোলাইরেংগী, পিয়ন চাকথাকী, যাইরেক সেত্রিগী, পোৎথাং থেগরগী, জল সম্বনধিগী, ইংথোলদ ছৌজব উ য়াম্বগী মাম্ভল লৌব, উ থুদেং অমসুং থোরব পুজরকপ হুমুবীদগী সেলগী মাম্ভল লৌবগী—তাবদ চৎনরম য়াংম লাম্লব খাবগী মসীং লোইব নাইত্রব মীংনব মরাম অসি ইরাবতন মীয়ামগীদমক, তুংগী মীয়োনগীদমক লালথেংনরমী।

ত্রবদি পুন্সিগী তাংকক খুদিংমক মায়খিব নংলকনি। মীওইবদি গন্থুগী-রাখল-লৌসিং লৈব থোরায়পাম্ব অমনি। মগী মীওইবরেন মন্থু খজব ওম্ব থোবাঞ্জ পাম্ব ওই। অতৈ সা উচেক তিল কাংসিংদি মসিগী লৌসিং লৈজদে।

**পুন্সিদ ইহান হান্ন থেংনগদব অহল ঃ**—মী অমগী পুন্সিদ ইহান হাম্ন থেংনগদব অহল অসি নসাগী হকচাং কয়াংসিং অসিনি। হকচাংগী কযাং অমন অহল ওইসিম্ব হেক হৌরকপদ চহি অঙাং ওইরি হায়হৃন থাগলুব ঙমলোই। চহি ১৫ দ ভায়রিব অঙ ং অমগী কযাং অমদি তোংসা চহি ৬০ গী থাক্ত অহল ওইসিনখিব মসীং লাবঙমদন উরিবসিনি।

---

**মেম্বর ওইব থাদোকথিব ঃ**—মমৈথংদদি ওংপিরব নৈবীরব, লৈঙাকলোন অম নাইবুকত্রব, ধর্ম্মগী নিংখা ভম্ব মীওং মীনৈ লাবপ মযাম অসি মায়ঙ্ক্লহ্লন অনৌব অংম্বে কংলৈপাক খূনাই অম পুরক্লব, লৌনী সিনমীসিংগী অচম্ব পুন্সিসি মী মথৌনা বাংথংনব পনচায় মেম্বরগী বাংলব ফম, মীন কল্লক্লব্রিব, তাম্বদ ফংনদ্রব অচৌ অসাংগী ফমকোক অসি মসান স্নান থাদোকখি। অওনব খুনাই অমগীদমক, লাম লমজিংলিবসিংবু মম্বু মৈয়েথেক্লবগীদমক অংম্ব খুনাই অমগী মঙ মঙখি, লালথেং কয়া চংসিনখি।

অমাং অসেংগী লাই খুৎসাংবী মখুৎ থুদেকপ হৌখি। লাইনিং ললোম্ব মমু মৈয়েথেকখি। মকু ঈবুংঙো নিংথৌবু অম্বাম্ব লন্বী চৎপগীদমক মীয়াম মাংদ সবাক ফাক্লকখি। মসিনি অংওল্লোয় অমগী পুন্সি। কংলৈ-পাকপু অহাম্ব ওইন ২০ সুব চহি চাসিদ মিৎকপ থোকহল্লম্ব অওম্ব খুনাই অমগী লুচিংব মতিক চাব অওল্লোয় অম কংলৈপাকী মীহৌরোনগী চেনা লাংসিম্বব থিব তারবদি মহাক অত্থু অংল্লোয় হিজম ইরাবত মেম্বরনি। সীংনব হায়বত্থু মহাক্ল কংলৈচাসিংদ তখীবম্রবনি *

কাংলোন থঙ্ত্রবদি, কাংলোন চংত্রবদি, হকচাংগী লৌসিং লৈত্রবদি পুন্সি অসিগী ইহান হান্ন থেংনগদৌব অহলসিংদি মথাগী কয়াংসিং অসিনি।

**কয়াংসিংদ কনান ইহান হান্ন অহল ওইবগে ঃ**—মী অমগী পুন্সিদ হকচাংগী কয়াংসিংন ইহান হান্ন থেইন অহল ওইসিন্নি হায়বসিদি ভলে। কয়াংসিং অসিগী মনুংদ অমুক ইহান হান্ন ওইন অহল ওইরিব-দদি "মিং" হায়ব কয়াং অসিনি। মিং অসিদ পুন্সিদ ইহান হান্ন অহল ই। মসিন মীওইবগী পুন্সি পুম্নমক্কী চাংচত্ত চুম্নব, ইহান হান্ন থেংনগদব হল ওইসিল্লকপগী থুদমনি।

কন্নিগুম্ব থুদোংথিব অমদগী নত্রগ অথন্নব ফিভম থবদগী নাকোংন ন্ন অহল ওইসিন্ন চাবখাউন হান্ন অহল ওইসিন্ন, সিংলৌ নাংরীন হান্ন হল ওইসিন্ন লৈ। মতুংদি অথন্নব থৌথোক্কী মন্নুং চন্নি। অথন্নব ফিভমগী পোন্দব চাংচত্ত মীওইবন ইহান হান্ন ওইন থেংনগদৌরিব মসাবু অহল ইসিল্লকপগী থুদম কংজব হৌগদৌরিবাদ মসাগী মিং অসিনি।

**কয়া ওন্ন মিংন অহল ওইব হৌরকপগে ঃ**—অহল ওইরকপসিংগী দাংথিব কোকহন্ননব লায়য়েংলিব মসিং লৈরব পুন্সিং কাংলোন্নোয় াইকোলোজিস্ত ) দাঃ জি, লোতনগী চাংয়েং মতুং ইন্না মীওইবগী পুন্সিদ াদগী হান্ন অহল ওইরিব মিং অসি পুন্সিগী ওন্নিবৈগী মতম চহি ১০ কপদগী অহল ওইসিল্লকপ হৌই। নাকোংন চহি ২০ মুক হায়রকপদগী ল ওইরকপ হৌই। অতুগ হকচাংগী মকল ( মসল ) অসিগী মপাঙ্গলন ৩০ সুরকপদগী অহল ওইসিল্লকপ হৌই। মরম অতুন মালেমগী থাক্ত লম্পিক গেমস অমদি এসিয়া লৈচাওগী ( এসিয়া কনতিনেন্তকী ) এসিয়ান গেমস সান্নরিবসিদ হেন্দোক থোইদোকপ মুপিং থন্ন ওন্নিব রোয় অয়াম্বন চহি ৩০ হেল্লিব নহাসিংনু ওইন্নিবক্লিনুন্নু চাংয়েংদগী লিব চহি ৩০ সুবদগী মকলসিংন অহল ওইসিল্লকপ হৌই হায়ব বাকম চুন্নে হায়ব তাকই।

চেকসিন্নিংঙাই ওইরিবদি মিং অসিদি চহি ১০ হুবদগী অহল ওইসিল্লকপ হৌব মরম্ম পুন্সিরোন্দ ঙম্তান মিংবিদমক চেকসিলহৌব অসিনি।

**মিৎন করম্ম উই ঃ**—উনবগী থোঙ অহাম্বদি মিং নহা ( পুপিল ) অসিনি। মিং নহা অসিদ মপানগী পোংসকসিংগী সক্তম্ম মঙালগী ইথক্ত তোংহুন লাক্লগ মিং-সেলদ ( রেতিনাদ ) মুংসেলদ মমি তাবগুম্ম ঙারৈ। অম্মম্ম তারব্রিব মপানগী পোংসকসিংগী মমি অহু মিং-সেলদগী মিংলীন ( আই নার্বসিংন ) কোক লেম্ফ্‌গী ( সিয়রব্রিযমগী ) ময়ায যাংদোক্তুন কোক্কী উকম ( ওসিপিতেল লোব ) ঙায় পুহুন চংথি। পুরক্লিব মমিসিং অহুন মিংলীদগী উফমদ তারগ কোক্কী উফম ( ওসিপিতেল লোব ) অসিন উব হায়বহুগী অরোইব থৌরন পাংথোকই।

মিংফমগী অপোব সক্তমদি মথাগী অসিনি—




**মিৎ অসিন করম্ম অহল ওই ঃ**—মীওইবগী মিং অসিন চহি ১০ দং ঙাইব্রিব অঙাং অম ওইরিঙৈদগী অহল ওইসিনব হৌরক্লিবসিগী

মওংদি যাম চল্মী। অজাং ওইরিবৈদ মিংন অনকপবু উই চহি ৪০ হেন্নরুবদি অরাপ্পবু উই। মসিন চাংচংবী মিংবী মথৌ মতম সিন্নরকপ ওন্নরকপগী মওংনি।

মরম অদুন অনকপদ সোকপ নহা ওইরিবৈগী মিং খুৎসোকপু "মাইনসত সোকপ" কৌই। অরাপ্পন সোকপন "প্লসত সোকপ" কৌই। মাইনসত সোকপন মমিসিংবু চিংশিল্লগ উহল্লি। প্লসত সোকপন চিংথোক্লগ পাবার গ্লাসন উহল্লি। মদুগী চিংসিদ চিংথোকপগী থৌরম অদুবুন আলোক সিজিন্নদুন পাবার গ্লাস হাপ্লিব অদুন তৌহল্লি।

অদুবু মিং সোকপঙাক্তগী মরমগ মিংন অহল ওইসিল্লকপগ মরী লৈনব নত্তে। মিং সোকত্রবসু চহি ১০ সুবদগী নিংন অহল ওইসিন হৌরকপ হায়বসিদি মীওইব পুম্নমক্কীনি। চেকসিল্লগ থর সাংথন কলহৌবগী বাফমতনি।

মিং নহাদি মতম পুম্বদ নহা ওইদুন লৈ। মদুগীদমক মিং নহা (নহা ওইদুন লৈব) কৌই। অহল ওইসিল্লিবদি মিংসেলগী সরুক অমসুং মিংলী অমদি উফমগী সরুক্তন অয়াম্বনি। মিং-সেল অসি বাউথরকপ নাই, লৈচিল নোংফাইগুম্ম থাজিল্লকপ নাই। মুংসেল তম সকয়েং-মুংসেল কৌদুন অসুম সিজিন্নরবপ মতমদ মচু বাউথোরক্লগ হীদাক কোকথরক্তুন মস্থরকপ অসুম্ম মিং-সেল (রেতিনা) অসি অহল ওইসিল-লকপ নাই। মিং-সেলদগী মিংলীন উফম (ওসিপিতেল লোব) য়োনব মিং নহাদ চংলকপ পোৎলমসিংগী মমিংসিং অদু পুরকপ মতমদ মথৌ হল্লকপ নাই, মতম হম্বরকপ নাই। অরোয়বগী কোক্কী উফম লুখমলোম থংবদ লৈ। লুখমদ পোৎ অমন সাফু খরদং পিদুন ফুবদ মিং ঙৈহাক্তং উরোই। মরমদি উফম অসি লুখমলোম থংব সরুক্ত লৈ।

অসুম্ম মিং নহাদগী চংলকপ পোৎকি মমিসিং অসিগী অহাম্ব লৌসন-ফম মিং-সেল, মমিসিং পুরিব মিংলীসিং অমদি অরোইবগী উফম— ৩ অসিন মথৌ হল্লকপবু "মিং অহল ওইসিল্লকপ" হায়ন খঙনগনি। ৩ অসিগী মসুংদগী ১ মথৌ হল্লকপবুসু মিংন অহল ওইব হৌরকপ কৌই। চহি ১০ দগী মিং অহল ওইসিল্লকপ হৌব মরম্ম' মমা পুকসুংদগী চিনজাক

বাৎতুন, সাজেল বাত্তুন, চেকসিংগী বাত্তুন মসিং কংলক্তবঃ অত্তাং ওইরবদি চহি '১০ গী মতুংদ হেনজিল্লকই, মিং স্রোকচিং হেনজিনগদি, নৌন আনৌক, পাবার গ্রাস সিজিন্নব তারকই। মরম অসিননি—চহি ১০ খজিক হেল্লকপদগী পাবার গ্রাস সিজিন্নব তোয়ন উব ফংলিবসি।

## মারোইসিন

নোংচুপকী ফাওরব পুন্সিরোনগী দাঃ জি, লোতনগী মতুং ইন্ন মীওইবগী ইহান হান্ন চেকসিন্নগদব ইহান হান্ন অহল ওইসিন্ন কয়াৎ অসি মিংনি। মসি খঙন মিংকী সাজেল, এতম চান চাহোৌগদব চিনজাক, হৌগদব পুন্সিরোন অমদি মমা মপা ওইবসিংন মিরোল্লকপ মতমদগী মিংকীদমক মচা ওইবসিংগীদমক খঙজিনগদব লৌসিং—ময়াম অসি মতম হেন্দ্রিক্লৈদ থোরাং তৌহৌগদবনি। মথংদ কংবিগনি "মিংকীদমক মমা মপাগী চেকসিন-থোরাংসিং"।

## মসি মীহৌরোলগী ৱারীনি

### ( ময়াংন কোন্নুং চংব )

মলিয়া কুমসীং ৩২২৭ খ্রিঃ চহিরোন ১৮৩০ গী বাংচিং থাগী ২৮ নি পান্ব সগোলসেন ছগিত্ত ময়াং মচা লাইনিংব সাব লম্বোইব চংকোন কোব মীরৈবাক্তগী খারকপ অসিন নোংডাল্লগদাইদ খুবাইলাকপ সারগ সনা কোন্নংদ লোন্ন চংলকখি। নিংথৌগী মচা জুবরাজ খুবাইলাকপ সাহুন ময়াং লম্বোইব চংকোন্ন কোন্নংদ অহিং মতৌদ চংলকপ অসিবু নোংডাল্লগ ইরাইগী পুংফম চংলকপদ ইবুংসিং লানচিং পুরেনগ, অগোম লুরাংবগ, হাওবমচা পিনতোগ অহুম্মক ফাহুন নিংথৌদ তাকখি।

ময়াং লম্বোইব চংকোনবু লোন্ন অহিংদ সনা কোন্নং চংলকপদ মতেং পাংলম্ব মীতৈ মচা চিংগাংবম মহাবীর চৈরাব পিখি, বাকোংংখি। ময়াং লম্বোইব চংকোনবু ইবুংসিং মাওন মীওই অহুম ফাহুন কৈন্নগসংদ থম্বগী তারকসিদ ময়াং লম্বোইবগী মতেং পাংলম্ব বাংথৈবাকপম চিংথুদি কসারদ মথবা হিংননব চেন্নুন লোংখি।

ময়াং লম্বোইব চংকোনবু মীতৈ নিংথৌগী মথক্ত অরোম্ব থবক তৌরবগী মরানদ্ব কৈন্নমলংদগী পুথোক্লগ লৈসাং হিদেন্দ সগাই সারগ মক্ত থোরী থুহুন (হেং তৌহুন) হাংখি। ময়াং লম্বোইবনু লৈওাকলোন্দ খুৎ থিংজিনবগীদমক কারগ হাংত্রিব নিংথৌ অসি মলিয়া কুমসীং ৩২২৭ ত কাংলৈপাক্ত পালম্ব চিলৈন নোংপ্রেন থোকনি। মতমদি চহি ৭ খুদ্রাকপ হনজিলক্কব তুংদনি।

# য়া-নাব

য়া চিকপদগী সংতোকপীগন্নু খুদক খুদক্ত ফহৎ ভব্ব হিদাক লৈজরে। য়াবি য়াখোং চঙ্খত্নুন ঈ নায় তাব, য়ারাই হৌব পুম্নমক ফহৎ য়াগনি।

# না-তাদব

না য়ৈসিন্দুন না তাত্রবস্ম তাহৎ য়াগনি অত্বুত নত্তন নাকোং লাইথুন, ঈসিং লাইখুন, খোম লাইথুন পুম্নমক ফহনব যাগনি অমন্নুং লায়না কয়াম্নু ফহৎ য়াগনি। মুপীগী পুক্ত মতুম লৈব, ফীভৌ চংপ অমন্নুং খুৎহিং লাইকোই, বাগী তাবি, ধাতু নাই তাব, উনসাদ পকপ লায়না কয়াম্নু য়েংবীরব য়াগনি।

# লায়েংবগী মতম

অযুক পুং ৮ দগী ১১ ফাওবে, নুংথিল পুং ২ দগী ৪ ফাওব।

Homeo Clinic

**Dr. Ibopishak Singh M.D H.**

Chingmeirong Yengkhoiba Bazar, Imphal

# অত্তুঙৈগী কংলৈপাক মনিপুর নত্তে ফংবিরগনি

এনজী কাংজীয়ান ইব **"অত্তুঙৈগী কংলৈপাক মনিপুর নত্তে"** অহুমস্তব খুৎনম অমুক ফংবিরগনি। খুৎনম অসিদ মহাভারতকী মনিপুর য়াওব পাফল (মেপ) সিং অমদি কংলৈপাক্কী য়ুম্ফম কংলাগী সক্তম অবিব পাফল নসামক্তগী যেকথোক্ত গা নৌন ফোতো কাপথোক্তুন অপাকপ সাইজদ ব্লোক সাদুন হাপচিনজরে। ফংফম: কংলৈখোল সংলেন, তেরা।



Regd No RN 34203/79 New Delhi Kangleikhol Rs. 5.00

Subscriber No.

Name

Occupation

Address

P O.

## কংলৈখোল চাং নাইন পাবিয়ু

১। কংখৈখোল অমগী মমল লুপা ৫ ০০ তনি।

২। থা অহুমগী মমল লুপা ১৫.০০ তনি।

৩। থা তরুক্কী মমল লুপা ২৮.০০ তনি।

৪। চহি অমগী মমল লুপা ৫৫ ০০ তনি।

## পোস্ত থাবগী মমলন—

১। চহি অমগী মমল লুপা ৬০.০০ নি।

২। থা তরুক্কী মমলন লুপা ৩০.০০ নি।

N.B. সেল থাবীরকপ মতমদ ঈসাগী মিং, লৈকম, সেলসিংনচিংব সেংন ইথিরকউ।

ওফিস ওফ দি কংলৈখোল
তেরা খুরাইজম লৈকাই, ইম্ফাল—৭৯৫০০১

এনজী, কাংজীয়ান খোরীলাংজম্নন সলাই পুন্সিকমগীদমক আর, বি, অমস্তং লাইস্লা প্রেসত নাপ্পগ ইম্ফালদ খোংদোকচব।